# মৈতৈ লোন্মীচং



ইরবা
শ্রীথুমহৌম মধুমঙ্গলসিংহ,
কনাটোন হায়র স্কুলগী রিটায়ার্ড হেড মাষ্টর।

ফোংদোকপা—
মেসার্স নাথ এণ্ড কোং
বুক সেলার্স এণ্ড পব্লিসার্স
ননদে মাপাকু ইম্ফাল (মণিপুর)।

 [ মমল লুপা ১|০

# হাঙ্গজবা

মৈতৈ লোল্লীচং কোবা মৈতৈলোনগী ব্যাকরণ মচা অসি মঙাশুবা অমসুং তরুকশুবা ক্লাসগী তম্নবা ইজৈ। অহানবা শরুকী অহানবা লামায় ৯-অসি নত্তনা শরুক অনিমক আসামগী শিক্ষা বিভাগকী অনৌবা সিলেবস্‌কা চপ্ চাননা ইজবনী। ১খা শরুকা ৫শুবা ক্লাসকী অমসুং ২শুবা শরুকা ৬শুবা ক্লাসগীনী।

লাইব্রিক অসিদা শীজিন্নরিবা ব্যাকরণগী অনৌবা রাইহেশিং অসি ঐগী মুংশিরবা শ্রীমীনকেতনসিংহ বি, এ, না লেংবা মৈতৈ লোল্লল অমসুং রেভ, ডব্লিউ, পেট্রিগ্রু সাহেবকী মৈতৈলোনগী ব্যাকরণদগী অমমম্ অনী-নীসু ঐনা লৌশিঞ্জৈ; অতৈনা ঐনা হাপচিঞ্জবনী। ঐগী অনৌবা রাইহেশিং অসি মচুমনি খন্দুনা পুখোকচবা নত্তে। মখোয়গী মরক্তগী অম-অনিতংদ ওইরবসু চংনবয়াব য়াওরম্নবদি নৌনা ইনরক্লিবা হীরম অসিদা কান্নবা অমা ওইরবসু য়াই খঞ্জদুনা হাপচিনুজখ্রবনী। মুধীশিংনা মিংয়েং ভাবিরগা চুমদবা, ফজদবা পুমমক শেমজিনবিরবদি নিংজবা মহৈয়াল্লে খঞ্জগনি। ইতি—

শ্রীখুমম্বেম মধুমঙ্গলসিংহ

# হীরম লামায়

## অহানবা শরুক

## অনিশুবা শরুক

# মৈতৈ লোল্লীচৎ

অহানবা শরুক

( Class V )

## লোন অমসুং ময়েক

১। "ইং কুমজা ১৯৪৭ তা ব্রিটিশনা ভারত থাদোকখি" হায়রা অসি কনাগুম্বনা ওাংথোকপদা মহাক্কী মচিন্দগী খোঞ্জেন খর থোকই। খোঞ্জেন্সিং অদু তারগা মহাক্কী পুক্নিংগী ভাব ঐখোয়না খঙবা ঙম্মী। অসিগুম্বা অর্থ লৈবা খোঞ্জেনবু লোন কৌই।

২। লোন ফজনা, চুম্না ওাংবা, ইবা অমসুং পাবা ঙম্নবগী হৌনবী তাকপা লাইরিকপু লোল্লীচৎ ( ব্যাকরণ Grammar ) কৌই।

৩। মথক্তা ইরিবা হায়রাসি চীন্তদা লৈরবদি মতম খরগী তুংদা কাউরকপা য়াই, হায়রোন খর থৈরকপসু য়াই; অমসুং অদুদগী চুমদবা অর্থ অমা চংলকপসু য়াই। অদুগা মাসি ময়েক্তা ইশিন্দুনা থম্লবদি, মাসিগী হায়রোন পুম্নমক মতম কুইন লেঙদনা লৈগনি। মরম অসিনা মীওইবনা পুরাণ ( Epics ), ইতিহাস ( History ) অমসুং বিজ্ঞানমচিংবা ( Science etc. ) মখোয়গী কান্নবা হীরম পুম্নমক ময়েক্তা ইদুনা থম্মী। অসিগীদমক ময়েক পরেং ( Alphabet ) শেম্বনী।

৪। ময়েক হাঙৈবসি চীম ভাংথোকপা খোঞ্জেন অমসুং পুক্নিংদগী থোক্লকপা ৱাখলগী মচুংশিনবা অইবা খুদম্নী।

৫। ময়েক মখল অনিনী—খোন ময়েক (স্বর বর্ণ Vowels) অমসুং তাংঙ্জ ময়েক (ব্যঞ্জন বর্ণ Consonants)।

## খোন ময়েক

### ( স্বর বর্ণ Vowels )

৬। অ, আ, ই, ঈ, উ, ঊ, ঋ, ৠ, ঌ, ৡ, এ, ঐ, ও, ঔ, ময়েকশিং অসি ময়েক অতৈগী তেঙবাং য়াওদনা মতোম মতোম-দগী খোঞ্চোক্লা হাঙদোকপা য়াই। মরম অসিনা মখোয়বু খোন ময়েক ( স্বরবর্ণ Vowels ) কৌই।

৭। মৈতৈলোন্দা চৎনবা খোন ময়েক ১১ নী—অ, আ, ই, ঈ, উ, ঊ, ঋ, এ, ঐ, ও, ঔ।

মখোয়গী মনুংদা অনেম্বা অমসুং অরাংবা অনিথোক্লা থাঙ্গৈ। ই, উ অনিসি অরাংবা অমসুং ঈ, ঊ অনিসি অনেম্বা খোন ময়েক্নী। মখোয়সি নত্তবা অ, আ, ঋ, এ, ঐ, ও, ঔ মখোয়সিগী ময়েক খুদিংমক অনেম্বা অমসুং অরাংবা অনি অনি থোক্লা চৎলী।

৮। সংস্কৃত লোনগী খোন ময়েক মখল অনিনী—অত্তেনবা ( হ্রস্ব short ) অমসুং অশাংবা ( দীর্ঘ long )।

অ, ই, উ, ঋ, ঌ ময়েক মঙাসি হাঙদোকপগী মতম তেক্নী, অদুনা মখোয়বু অত্তেনবা খোন ময়েক ( হ্রস্ব স্বর ) কৌই।

আ, ঈ, ঊ, ৠ, ৡ, এ, ঐ, ও, ঔ ময়েক মাপনসি হাঙদোকপদা

অশাংবা মতম চঙভী, অছুনা মখোয়বু অশাংবা খোন ময়েক (দীর্ঘ স্বর) কৌই।

৯। তাংজ ময়েক্তা তিনবা মতমদা অ অমস্তুং ৯ নত্তনা খোন ময়েক পূম্নমক্তী মশক ওল্লী। মাহুদি— আ—া, ক্+া=কা; ই—ি, ক্+ি=কি; উ—ু, ক্+ু=কু; ঋ—ৃ, ক্+ৃ=কৃ; ঐ—ৈ, ক্+ৈ=কৈ অসিনচিংবা।

## তাংজ ময়েক

### ( ব্যঞ্জন বর্ণ Consonants )

১০। ক্ খ্ গ্ ঘ্ ঙ্। চ্ ছ্ জ্ ঝ্ ঞ্। ট্ ঠ্ ড্ ঢ্ ণ্ ত্ থ্ দ্ ধ্ ন্। প্ ফ্ ব্ ভ্ ম্। য্ র্ ল্ ৱ্ শ্ ষ্ স্ হ্। ং ঃ ঁ।

মমৈথংবা ময়েক অহুম অসি নত্তনা তাংজ ময়েক পূম্নমক অসি পাবদা 'অ' গী মতেং চঙভী। মাহুদি—ক্+অ=ক, খ্+অ=খ, প্+অ=প অসিনচিংবা।

খোন ময়েক্তী মপান তাংদনা মতোম মতোমদগী খোস্থোক লৈতবা হাঙীবদি মতোম মতোমতা হাঙীদোকপা য়াদবা ময়েকশিংবু তাংজ ময়েক ( ব্যঞ্জন বর্ণ Consonants ) কৌই।

১১। খোন ময়েক য়াওদবা তাংজ ময়েকপু হসন্ত (হসূনা লোম্বা) ময়েক কৌই। মখোয়গী মখাদা ( ্ ) খুরুম অসি হাপ্পী। মাহুদি—ক্, খ্, গ্, অসিনচিংবা।

১২। ক্ দগী ম্ ফাওবা তাংক ময়েক ২৫ বু * অশোকপা ময়েক ( স্পর্শ-বর্ণ ) কৌই। অশোকপা ময়েক কাঙলূপ ৫ নি। মাদুদি—

ক্ খ্ গ্ ঘ্ ঙ্ —ক কাঙলূপ
চ্ ছ্ জ্ ঝ্ ঞ্ —চ "
ট্ ঠ্ ড্ ঢ্ ণ্ —ট "
ত্ থ্ দ্ ধ্ ন্ —ত "
প্ ফ্ ব্ ভ্ ম্ —প "

১৩। ক্ গ্ ঙ্, চ্ জ্ ঞ্, ট্ ড্ ণ্, ত্ দ্ ন্, প্ ব্ ম্— কাংলূপ খুদিংগী অহানবা, অহুমশুবা অমস্থং মঙা-শুবা ময়েকশিংসিগী খোল্লাক য়াঙভী ; অদুনা মখোয়বু অয়াংবা ময়েক ( অল্পপ্রাণ বর্ণ Non-aspirate ) কৌই।

১৪। খ্ ঘ্, ছ্ ঝ্, ঠ্ ঢ্, থ্ ধ্, ফ্ ভ্— কাঙলূপ খুদিংগী অনিশুবা অমস্থং মরিশুবা ময়েকশিংসিগী খোল্লোক লূম্মী ; মরম অসিনা, মখোয়বু অরূম্বা ময়েক ( মহাপ্রাণ বর্ণ Aspirate ) কৌই।

১৫। শ্ ষ্ স্ হ্— ময়েক মরিসি হাঙৈবদা থোবকপা মুংশিং অদু শাই ; মরম অসিনা মখোয়বু অশাবা ময়েক ( উষ্ম বর্ণ ) কৌই।

---

* ময়েকশিংসি হাঙৈদোকপদা লৈত্তোন, লৈয়াই অমস্থং লৈখোঙ শোকঈ ; মরম অসিনা মখোয়বু অশোকপা ময়েক ( স্পর্শ বর্ণ ) কৌই।

১৬। য্, ৱ্, ল্, র্,— ময়েক মরিসিগী থোঙ্খোক অশাবা ময়েক অমসুং অশোকপা ময়েক অনিগী মরক্তা লৈ হাঙ্গৈত্থনা মথোয়বু মরক্ত লৈব ( অন্তস্থ বর্ণ Semi Vowels ) কৌই।

১৭। ং ( অনুস্বার ), : ( বিসর্গ )— ময়েক অনিসিগী মমিং খোন ময়েকী মনুংদগী চন্দে, তাংজ ময়েকী মনুংদগী চন্দে, অদুগা মথোয়সি মথৌদি য়াম্না পুই ; মরম অসিনা মথোয়বু মিং পান্দবা থোয়ামপুবা ময়েক ( অযোগবাহ বর্ণ ) কৌই।

## ৱাহং

১। লোন কদায়বু কৌই ?

২। মৈতৈ লোল্লীচৎ হাঙ্গৈবসি করিনো ?

৩। ময়েক হাঙ্গৈবসি করিনো ? ময়েক মখল কয়ানো ?

৪। অ, আ নচিংববু খোন ময়েক অমসুং ক, খ নচিংববু তাংজ ময়েক কৌরবা করিগীনো ?

---

# ময়েকী উচ্চারণ তৌফম

## ( খোঙ্খোকফম )

১। ময়েক হাঙ্গৈদোক্লবগী অথোইবা পাম্বৈদি লৈনী। খৌরী, লৈখোঙ, ঙৌ, ঙৌথক, য়া অমসুং চীখান— মফমশিং অসিদগী ময়েক হাঙ্গৈদোক্লকইবনী।

| | | |
|---|---|---|
| অ আ হ্ | .... .... ... | খোরীদগী হাঙদোকঙ্ |
| ক্ খ্ গ্ ঘ্ ঙ্ | .... .... .... | লৈখোঙদগী ,, |
| ই ঈ চ্ ছ্ জ্ ঝ্ ঞ্ য্ শ্ | .. | ভৌদগী ,, |
| ঋ ঋৃ ট্ ঠ্ ড্ ঢ্ ণ্ র্ ষ্ ... | ... | ভৌথক্তগী ,, |
| ৯ ত্ থ্ দ্ ধ্ ন্ ল্ স্ | ... ... | যাদগী ,, |
| উ ঊ প্ ফ্ ব্ ভ্ ম্ | ... ... | চীম্বান্দগী ,, |
| এ ঐ | ... .... ... | খোরী-ভৌদগী ,, |
| ও ঔ | ... .... ... | খোরী-চীম্বান্দগী ,, |

২। ঁ (চন্দ্রবিন্দু) অমস্তুং ং (অনুস্বার) গী উচ্চারণ (খোম্হোক) নাতোন্দগীনী; অদুনা মখোয়বু নাতোন্দগী থোকপা ময়েক (অনুনাসিক বর্ণ) কৌই।

৩। ঙ্ ঞ্ ণ্ ন্ ম্ মখোয়সিগী উচ্চারণ ভৌ অমস্তুং লৈখোঙ শোক্ন নাতোন্দগী পোকঈ; অদুনা মখোয়বু নাতোন্দগী পোকপ ময়েকসু কৌই। ঁ (চন্দ্রবিন্দু) মখোয়সিদগী পোক্লকপনী।

৪। ঃ বিসর্গগী উচ্চারণদি মানা তাক্ন-তাকবা স্বর ময়েকী খোম্হোকফমহুনী।

## ময়েক খরগী উচ্চারণ

### (খোম্হোক)

১। ঐ ঔ ময়েক অনি অসি সংস্কৃত লোন্দা 'সন্ধ্যক্ষর ঐ' 'সন্ধ্যক্ষর ঔ' কৌই। মরমদি মখোয় অনিসিগী খোম্হোক্তি ময়েক

অনি তিন্নবগী খোল্লোক্লী। 'ঐ' গী উচ্চারণ এ+ই ( এই ) অমসুং 'ঔ' গী উচ্চারণ ও+উ ( ওউ ) নী। মরম অসিনা ময়েক অনি অসিবু 'সন্ধ্যক্ষর' ( তিন্নব ময়েক ) কৌই।

২। 'ঞ' গী উচ্চারণ তৌবদা নাতোন য়াওই— য়ঁ ( ইঁঅ) হুজিক্কী মতমদা ময়েক অসি মতোমতা তোওাম্ন শীজিন্নবা থোই-দোক্ল উদ্রে। চন্দ্রবিন্দুনা মহাক্কী থবক পুই।

চ কাওল্পকী মথক্তা নত্রগা মখাদা লৈবা 'ঞ' গী উচ্চারণ নকার গুম্মী। মাহুদি— পাঞ্জল্=পান্জল্, যাচ্ঞা=যাচ্না। করি করিগুম্বা লৈপাক্তা যাচ্ঞা=যাচ্ইয়াসু হাঙ্গৈ।

'জ' গী মথাদা ঞ তপ্লবদি মখোয় অনি তিন্নবগী খোল্লোক 'গ্যাঁ' গী খোল্লোক্কা মান্নৈ। মাহুদি জ্ঞান=গ্যাঁন, আজ্ঞা=আগ্যাঁ।

৩। শ ষ স - অহুম অসিগী উচ্চারণ চপ মান্নবা চুমদবনী

ঙৌথক্তা লৈতোন কোন্সিল্লগা শ অমসুং ষ গী উচ্চারণ তৌগদবনী। মখোয় অনি অসিগী উচ্চারণ ইংরেজি 'sh' গুম্মী। তালব্য 'শ' গী উচ্চারণ মূর্দ্ধন্য 'ষ' দগী থর হেন্না লূমগদবনী। দন্ত্য 'স' গী উচ্চারণ লৈতোন্না য়া শোক্তুনা তৌগদবনি, ইংরেজি 's' গী উচ্চারণগা মান্নৈ।

তালব্য 'শ' দা ঋ, র, ন ফলা তপ্লবদি দন্ত্য 'স' গুম্না উচ্চারণ তৌগদবনী। মাহুদি— শ্রী, শৃৎ, প্রশ্ন অসিনচিংবা।

৪। ঁ ং ঃ — ঁ চন্দ্রবিন্দু ঙ ঞ ণ ন ম দগী ওল্লকপনী। মাসিগী উচ্চারণ নাতোন্দগী থোকঈ। ং অনুস্বারগী উচ্চারণসু

চন্দ্রবিন্দুগুম্ম নাত্তোন্দগী থোকঈ। খোন ময়েককী মতুং ইন্না হাঙ্গইদুনা মাসিমু অনুস্বার হাঙ্গবদি স্বরগী তুংইনবা কৌই। ঃ বিসর্গমু খোন ময়েক্তা তপ্পী, তাংজ ময়েক্তা নত্তে। মাসিগী উচ্চারণ হসন্ত 'হ্' গী খোন্থোক্কা মাম্নৈ। মাদুদি— অয়োঃ = অয়োহ্। মৈতৈলোন্দা শব্দেপ ( অব্যয় ) নত্তনা বিসর্গ তপ্পা য়াহৈদে লৈতে। মাদুদি ইঃ, এঃ, সেঃ, অয়োঃ অসিনচিংবা।

৫। 'হ' দা অতোপ্প তাংজ ময়েক অমা তপ্পরবদি, তপ্পরিবা ময়েক অদুগী খোন্থোক্কা হাল্লী। মাদুদি— 'হ্ল', ঐখোয়না হ্+ল হাঙ্গনা বানান তৌই, খোন্থোক্কা ল্+হ থোকঈ; খুদম্— প্রহ্লাদ। 'হ্ম', ঐখোয়না হ্+ম হাঙ্গনা বানান তৌই, খোন্থোক্কা ম্+হ থোকঈ; খুদম— ব্রাহ্মণ, ইহ্মান, হৃদয়, হ্রস্ব অসিনচিংবা।

ময়েক তপ্নিমখ্রগা ময়েক থরগী মশক ওন্নী মাদুদি—

হ্+উ = হু—চহুই
হ্+ঋ = হৃ—হৃদি
হ্+ণ = হ্ণ—কাহ্ণাই
হ্+ন = হ্ন—চিহ্ন
হ্+ম = হ্ম—ব্রহ্মা
ত্+থ = ত্থ—পত্থবা
ত্+র্+উ = ত্রু—পিক্‌ত্রু
ক্+র = ক্র—চক্র

ক্+ষ্+ম = ক্ষ্ম—লক্ষ্মী
ঞ্+চ = ঞ্চ—পঞ্চায়
ঞ্+জ = ঞ্জ—চোঞ্জোল
ন্+থ = ন্থ—কোন্থা
ন্+ধ = ন্ধ—সন্ধ্যা
জ্+ঞ = জ্ঞ—যজ্ঞ
ষ্+ণ = ষ্ণ—কৃষ্ণ
স্+থ = স্থ—স্থান

# ময়েক খাইদোকপা

## ( বর্ণ বিশ্লেষ )

ৱাহৈ অমগী ময়েকশিংদু অমমমত খাইদোকুনা উৎপবু ময়েক খাইদোকপা ( বর্ণ বিশ্লেষ ) কৌই। মাত্নদি—

যজ্ঞ— য্+অ+জ্+ঞ্+অ

অর্জ্জুন— অ+র্+জ্+উ+ন্+অ

চক্র— চ্+অ+ক্+র্+অ

খঞ্জুরী— খ্+অ+ঞ্+জ্+উ+র্+ঈ

লৈহ্মন্— ল্+ঐ+হ্+ম্+অ+ন্

হৈগ্রু— হ্+ঐ+গ্+র্+উ

বিজ্ঞান— ব্+ই+জ্+ঞ+আ+ন্+অ

বিষ্ণু— ব্+ই+ষ্+ণ্+উ

## বাহং

১। ঐ অমসুং ঔবু সন্ধ্যাক্ষর ( তিন্নব ময়েক ) কৌরিবা করিগী মরম্নো ?

২। করম করম্বা ময়েক্না চন্দ্রবিন্দু ওনবগে ?

৩। অনুস্বার অমসুং বিসর্গগী খোন্থোকফম তাকউ।

৪। মখাদা ইরিবা ৱাহৈশিং অসিগী উচ্চারণ চুম্না তৌ—

ছাত্তিন, শোরাং, যণ, অসি, শ্রীমান, প্রহ্লাদ, হৃদি, হ্রস্ব, ইস্মান।

৫। মথাদা ইন্নিবা ৱাহৈশিংসিগী ময়েক থাইদোকউ—

খুর্জী, চক্র, কহ্লান্নী, কৃষ্ণ, পাঞ্জল, আজ্ঞা, কর্ত্তা, বিজ্ঞান, মন্ত্রী, কাষ্ঠ, খ্‌াইন্নঘন, কঙ্কন্।

৬। খোঙ্খোকফম তাকউ—

অ, ঙ, স, ং, ঞ, হ, ঐ, ঈ, ঙ, চ, শ।

---

# ৱারোন

## ( পদ Parts of speech )

"লমচং ফজবা অঙাংবু পূন্নমক্লা চাল্লী" হা অসিনা পূক্লিংগী ভাব অমা মপূংফানা ফোংদোকঈ। মাসিগী মন্নুংদা (১) লমচং ফজবা (২) অঙাংবু (৩) পূন্নমক্লা (৪) চাল্লী হাঈবা পংখৈনাইবা ৱাহৈ মরি লৈ। মখোয়সিবু **ৱারোন** ( পদ Parts of speech ) কৌই।

**ৱারোন ( পদ Parts of speech )**—হা অমগী মন্নুংদা শীজিন্নরিবা পংখৈনাইবা ( বিভক্তি হাপ্ন ) ৱাহৈবু ৱারোন ( পদ Parts of speech ) কৌই।

# ৱারোন মখল

## ( পদ মখল Classification of parts of speech )

১। ( ক ) গোপাল অফবা অঙাংনী। (খ) মণ কান্নবা

য়ুমশানী। (গ) ঈশিং অরূবা থকউ। (ঘ) শুগ্লেবা মী ইকাইখুম্নবা ফংই। (ঙ) ঈরোইবা তম্মু। (চ) ঐ ডাকু কাওবু অমা ওক্লরম্মী।

ম্রাশিং অসিদা 'গোপাল' নিপামচা অমগী মিংনী; 'ঘণ' শা জাৎ অমগী মিংনী; 'ঈশিং' পোৎ অমগী মিংনী; 'ইকাইখুম্নবা' গুণ অমগী মিংনী; 'ডাকু কাওবু' অপুনবা কাওলূপ অমগী মিংনী।

**মিংথৈ** (**বিশেষ্য Nouns**)—করিগুম্বা অমগী মিং খঙনবা ম্রারোনবু **মিংথৈ** (**বিশেষ্য Noun**) কৌই।

মিংথৈ মখল তরুক্নী—

(১) মিংলেন মিংথৈ (সংজ্ঞাবাচক বিশেষ্য **Proper Noun**)

(২) জাৎ মিংথৈ (জাতিবাচক বিশেষ্য **Class Noun**)

(৩) পোৎ মিংথৈ (দ্রব্যবাচক বিশেষ্য **Material Noun**)

(৪) গুণ মিংথৈ (গুণবাচক বিশেষ্য **Abstract Noun**)

(৫) থৌ মিংথৈ (ক্রিয়াবাচক বিশেষ্য **Verbal Noun**)

(৬) পুনবা মিংথৈ (সমষ্টিবাচক বিশেষ্য **Collective Noun**)

২। 'তোম্বা' হাঙ্গৈরগা তোম্বা কৌবা নিপা অমগুগী মিং

খঙনৈ, অতৈ অমবু খঙনদে। অসিগুম্না হিমালয়, নম্বুল তুরেল, তুমিং, থা অসিনচিংবসি মিংলেন মিংথৈনী।

**মিংলেন-মিংথৈ ( সংজ্ঞাবাচক বিশেষ্য Proper Noun )** করিগুম্বা মী, শা, উচেক, মফম্নচিংবা অমগী মিং খঙনবা য়ারোনবু **মিংলেন মিংথৈ** কৌই।

৩। 'উ' হাঙৈরগা উ জাৎ পূম্নমক্কী অসুপ্প মিং খঙনৈ; 'শা' হাঙৈরগা শা জাৎ পূম্নমক্কী অসুপ্প মিং খঙনৈ। অসিগুম্না চীং তুরেল, লৈ, লৈবাক, অঙাং অসিনচিংবসি জাৎ মিংথৈনী।

**জাৎ মিংথৈ ( জাতিবাচক বিশেষ্য Class Noun )** —করিগুম্বা জাৎ নত্ত্রগা কাণ্ডলুপ অমগী অসুপ্প মিং খঙনবা য়ারোনবু **জাৎ মিংথৈ** কৌই।

৪। 'শনা' হাঙৈরগা পোৎ অমগী মিং খঙনৈ; অদুনা 'শনা' হাঙৈবসি পোৎ মিংথৈনী। অসিগুম্না য়োৎ, চে, ঈশিং কালি, চুহি, চিনি, লৈপাক ( earth ) অসিনচিংবসি পোৎ মিংথৈনী।

**পোৎ-মিংথৈ ( দ্রব্যবাচক বিশেষ্য Material Noun )**— করিগুম্বা পোৎ অমগী মিং খঙনবা য়ারোনবু **পোৎ মিংথৈ** কৌই।

৫। 'পীনহৈবা' গুণ অমগী মিংনী। অদুনা মাসি গুণ মিংথৈনী।

অসিগুম্না থাঙহৈবা, থৌজানহৈবা, পাংদবা, থৌনাফবা,

লীরুপা, তনবা, য়াঝা, খুংঙাইবা, তেনবা, শাংবা অসিনচিংবসি গুণ মিংথৈনী।

**গুণ-মিংথৈ ( গুণবাচক বিশেষ্য Abstract Noun )**— গুণ অমসুং অবস্থা (ফিভম) খঙনবা য়ারোনবু গুণ-মিংথৈ কৌই।

৬। 'ফম্বা' থবক অমা তৌবগী মিংনী, 'চেনবা' থবক অমা তৌবগী মিংনী। অসিগুম্না তূম্বা, চাবা, চৎপা, লোম্বা, য়েংবা ফুবা, অসিনচিংবসি থৌরোন মিংথৈনী।

**থৌরোন মিংথৈ ( ক্রিয়াবাচক বিশেষ্য Verbal Noun )** —করিগুম্বা থবক অমা তৌবগী মিং খঙনবা য়ারোনবু থৌরোন মিংথৈ কৌই।

৭। 'যণ শব্দ' হাঙৈরগা যণ ময়াম্না অমত্ত ওইন পূনবা অমগী মিং খঙনৈ ; 'সভা' হাঙৈরগা মী ময়াম্না অমত্ত ওইন পূনবা অমগী মিং খঙনৈ। অদুনা মথোয়সি পূনবা মিংথৈনী।

অসিগুম্না হয়িংখোই শয়োম, ঈশৈ পালা, ডাকু কাণ্ডবু, মুণী মরূপ, কাং-খুৎপু, লাম্মী তেঙ্গোল, কোম্পানী অসিনচিংবসি পূনবা মিংথৈনী।

**পূনবা-মিংথৈ ( সমষ্টিবাচক বিশেষ্য Collective Noun )** ময়াম্না অমত্ত ওইন পূনবগী মিং খঙনবা য়ারোনবু পূনব মিংথৈ কৌই।

### বাহং

১। য়ারোন কদায়বু কৌবগে ? য়ারোন মথল কয়ানো হাঙ্গীয়ু।

২। মিংথৈ কদায়বু কৌই ? মাসিগী মথল কয়া গুই ? খুদম পীদুনা তাকউ।

৩। মথাদা ইরিবশিংসি করম করম্বা মিংথৈনো হায়্রিবু—
য়াম, উচেক, কৈথেল, মিংচৎ, খুল, চীংঙা, ইবেমচা, হাওবম, পল্টন, হীপ্পা, থোইহী, থকপা, ককচেং, ঙা, পুখ্রী, লম্বী, নিংথৌ, কোবী, গান্ধী, লুপা-মরুপ।

৪। মিংথৈ তাকউ—
তনবা থাদোকউ। মঙোম হুকচাংফবা চিঙাকনী। য়াইমা হুজিকফাওবা লাক্লি। লৈকোন্দা লৈ পাম্বী অনি তেক্লে। মুংথিন- তুম্বা ফত্তে। মহাক সভা অতৃগী লুচিংবনি।

---

# মিংলোন

## ( বিশেষণ Adjective )

'মহাক অফবা অঙাংনী' মাসিদা 'অফবা' হায়বা ৱারোন অসিনা 'অঙাং' হায়বা ৱারোনসিগী গুণ নত্রগা ফিভম ( অবস্থা ) থংহল্লী।

অসিগুম্বা ৱারোন অমগী গুণ নত্রগা ফিভম খঙনবা ৱারোনবু মিংলোন ( বিশেষণ Adjective ) কৌই।

মিংলোন মথল অহুম্নী মাদুদি— (১) মিংথৈ মিংলোন (২) মিংলোনগী মিংলোন (৩) থৌরোন মিংলোন

১। 'ময়মওকপী হুপীমচা' মাসিদা 'ময়মওকপী' হাঙৈবা য়ায়োন অসিনা 'হুপীমচা' হাঙৈবা মিংখৈসিগী গুণ ফোংদোকই। মরম অসিনা 'ময়মওকপী' মিংথৈ মিংলোন্নী। অসিগুম্না অনংবা মী, অয়াঙ্বা শগোল, অকেবা পাথং অসিদা অনংবা, অয়াঙ্বা অকেবা মিংথৈ মিংলোন্নী।

**মিংথৈ-মিংলোন ( বিশেষ্যগী বিশেষণ Adjective of Noun )**— মিংথৈগী গুণ নত্রগা ফিভম খঙনবা য়ায়োনবু মিংথৈ মিংলোন কৌই।

২। 'য়াম্না লুবা অঙ্ক' মাসিদা 'লুবা' 'অঙ্কগী' মিংলোন্নী; 'য়াম্না' হাঙৈবসিনা 'লুবা' হাঙৈবা মিংলোনগী ফিভম খঙহল্লি। মরম অসিনা 'য়াম্না' হাঙৈবা য়ায়োন অসি মিংলোনগী মিংলোন্নী। অসিগুম্না 'পঙনা ফত্তবা মী' অসিদা 'পঙনা' হাঙৈবসি 'ফত্তবা' হাঙৈবা মিংলোনগী মিংলোন্নী।

**মিংলোনগী মিংলোন ( বিশেষণগী বিশেষণ Adverb )**— করিগুম্বা মিংলোন অমগী ফিভম খঙনবা য়ায়োনবু মিংলোনগী মিংলোন কৌই।

৩। 'মধু তপ্না চৎলি' মাসিদা 'তপ্না' হাঙৈবা য়ায়োন অসি 'চৎলি' থৌরোনগী ফিভম খঙহল্লি। মরম অসিনা 'তপ্না' হাঙৈবা য়ায়োন অসি থৌরোন মিংলোন্নী।

**থৌরোন মিংলোন ( ক্রিয়া বিশেষণ Adverb )**—থৌরোন অমগী ফিভম খঙনবা য়ায়োনবু থৌরোন মিংলোন কৌই।

অসিগুম্না 'য়াঙনা চেল্লী', 'য়াংনা পাই' অসিদা 'য়াঙনা' অক্লনুং 'য়াংনা' থোরোন মিংলোন্নী।

## মিংথৈ-মিংলোন মখল মরিনী।

মাদুদি— ( ১ ) মিংলেন-মিংলোন ( সংজ্ঞাবাচক বিশেষণ ) ; ( ২ ) গুণ মিংলোন ( গুণ বাচক বিশেষণ ) ; ( ৩ ) মশীং মিংলোন ( সংখ্যাবাচক বিশেষণ ) ; ( ৪ ) মিংহুৎ মিংলোন ( সর্ব্বনামীয় বিশেষণ )।

( ক ) 'মেরা কাঙজৈ' অসিদা 'মেরা' হাঙ্গৈবা মিংলেন মিংথৈ অসিনা 'কাঙজৈ' হাঙ্গৈবা মিংথৈ অসিগী অবস্থা ( ফিভম ) থঙহল্লী, অদুনা অসিদা 'মেরা' হাঙ্গৈবা য়ারোন অসি মিংলেন মিংলোন্নী।

মিংলেন মিংলোন ( সংজ্ঞাবাচক বিশেষণ )—মিংথৈ অমগী মিংলোন ওইনা শীজিন্নরিবা করিগুম্বা অকরুবা মী, মফম্মচিংবা থঙনবা মিংলেন মিংথৈবু ( Proper Noun বু ) মিংলেন মিংলোন কৌই। খুদম—হিমালয় য়ারী, শগোলবন লমজাউ, গান্ধী নীতি। মাসিদা হিমালয়, সগোলবন, গান্ধী, মিংলেন মিংলোন্নী।

( খ ) 'অয়াংবা চীং' মাসিদা 'অয়াংবা' হাঙ্গৈবা য়ারোন অসিনা 'চীং' মিংথৈগী ফিভম থঙহল্লি। মরম অসিনা 'অয়াংবা' হাঙ্গৈবা য়ারোন অসি মাসিদা গুণ মিংলোন্নী।

গুণ-মিংলোন্ ( গুণ-বাচক বিশেষণ Adjectives of quality) গুণ নত্রগা ফিভম খঙনবা মিংলোনবু গুণ মিংলোন কৌই। খুদম—ফি অমুবা, সগোল অয়াঙ্বা, থাং অথোবা, মুংশি হৈতবা মী ; অসিদা অমুবা, অয়াঙ্বা, অথোবা, মুংশি হৈতবা গুণ মিংলোন্নী।

( গ ) 'সগোল অনি' অসিদা 'অনি' হাঙ্গবা ৱারোম্না সগোল কয়ানো খঙহল্লি ; 'চিনি খজিক্কুং' অসিদা 'খজিক্কুং' হাঙ্গবা ৱারোম্না চিনিগী চাং খঙহল্লি ; মরম অসিনা অসিদা 'অনি' অমস্তুং 'খজিক্কুং' ৱারোন অনি অসি মশীং মিংলোন্নী।

মশীং মিংলোন ( সংখ্যাবাচক বিশেষণ Numerical Adjectives )—মিংথৈ অমগী মশীং নত্রগা চাং খঙনবা মিংলোনবু মশীং মিংলোন কৌই। খুদম—খুজাই মঙা, চে খর, ঈশিং খজিক্কুং ; মাসিদা মঙা, খর অমস্তুং খজিক্কুং মশীং মিংলোন্নী।

( ঘ ) মী পূম্নমক ; মফম অতৈ ; ঙমোক অসি ; ফি অদু ; মাসিদা পূম্নমক, অতৈ, অসি, অদু মিংছুৎ ৱারোনশিং অসি 'মী' 'মফম' 'ঙমোক' 'ফি' হাঙ্গবা মিংথৈশিং অসিগী ফিভম খঙহল্লী ; অদুনা মথোয়সি মিংছুৎ মিংলোন্নী।

মিংছুৎ-মিংলোন ( সর্ব্বনামীয় বিশেষণ Pronominal Adjectives )—মিংথৈ অমগী ফিভম ( অবস্থা ) খঙনবা মিংছুৎ ৱারোনবু মিংছুৎ-মিংলোন কৌই।

মিংলোনগী ফিভম খঙহনবা মিংছুৎ মিংলোনসু লৈ।

মাতুদি—'অফবা অঙাং অতু' মাসিদা 'অতু' হাঙৈবা মিংহুৎ মিংলোন অসি 'অফবা' মিংলোনগী কিভম খঙনবা মিংহুৎ মিংলোন্নী।

য়েংশিনগদবা :—পর্সনেল প্রোনাউন (ঐ, নং, মা) দগী থোকপনত্তবা মিংহুৎ মিংলোন্দা হাপ্প য়াহৈ পংখৈ মরী লৈনবা মিংথৈগী পংখৈ (বিভক্তি) ওইনা লৌগদবনী। মাহুদি—'মী অতুদগী' অসিদা 'অতু' দা হাপ্লবা ৫ শুবা পংখৈ 'দগী' 'মী' গী ওইনা লৌগদবনী।

## য়াহৎ

১। মিংলোন কদাযবু কৌই? মিংলোন মথল কয়ানো?

২। মিংথৈ মিংলোন মথল কয়ানো? খুদম অমমম পীয়ু।

৩। মখাগী য়াশিংদা শীজিন্নবিবা মিংলোনশিং অসি করম্বনা কয়ম্বা মিংলোন্নো হাঙ্গিয়ু :—

য়ায়থৌ শবেং হাউঈ। অঙোবা ফি খাইদগী লেপ্পী। মাসি য়াম্না শীনবা হৈনী। থোঙতেকপা নিপা অমা শেকা-শেক্রা লাকই। হুইমচা তরেং পোক্লে। মফম অতু কনামতনা পামদে। অফবা চে থমজিল্লু।

---

# মিংহুৎ

## (সর্ব্বনাম Pronoun)

স্নাতোম্বা হুমিৎ খুদিং স্কুল কাঈ। স্নাতোম্বা লাইবিরক্রুম্ থরায় য়াওঈ। মরম অসিনা ওজানা স্নাতোম্ববু চাল্লী।

য়াশিং অসিদা 'স্নাত্তোম্বা' হাঙ্গৈবা য়ারোন অসি হঞ্জিন হঞ্জিন হাঙ্গৈবদি তাব সুংঙাইতে। অতুগা, 'স্নাত্তোম্বা স্কুমিৎ থুদিং স্কুল কাঙ্গৈ। মহাক লাইরিক্তসু থরায় য়াওঙ্গৈ। অতুনা ওঝানা মহাকপু চাল্লী।' অসুম্না হাঙ্গৈবদি তাব সুংঙাই। মাসিদা 'মহাক' 'মহাকপু' হাঙ্গৈবা য়ারোন অনি অসি মথংশিংনা 'স্নাত্তোম্বা' 'স্নাত্তোম্ববু' য়ারোন অনিসিগী মহুত্তা শীজিন্নরিবনী।

মিংহুৎ ( সর্ব্বনাম Pronoun )— য়াহৈ অমত্ত হঞ্জিন হঞ্জিন হাঙ্গৈবগী সুংঙাইতবা কোক্তব মিং নত্রগা মিংথৈগী মহুত্তা শীজিন্নরিবা য়ারোন অদুবু মিংহুৎ কৌই। মাদুদি— ঐ, ঐহাক, ঐখোয়, নং, নহাক, নখোয়, মা, মহাক, মখোয়, অসি, মাসি, অদু, মাদু, কনা, কনাকনা, অতৈ, পুম্নমক অসিনচিংবা।

মিংহুৎ মিংথৈ ( সর্ব্বনাম বিশেষ্য )—মিংথৈ ওইনা শীজিন্নবা মিংহুৎপু মিংহুৎ মিংথৈ কৌই। মাদুদি :— 'মহাক থৌনা ফৈ' মাসিদা 'মহাক' মিংহুৎ মিংথৈনী।

মিংহুৎ মিংলোন ( সর্ব্বনাম বিশেষণ )—মিংলোন ওইনা শীজিন্নবা মিংহুৎপু মিংহুৎ মিংলোন কৌই। মাদুদি :—'নিপা অসি থৌনা ফৈ'; অসিদা 'অসি' মিংহুৎ মিংলোন্নী।

### য়াহং

১। মিংহুৎ কদায়বু কৌই ?

২। মথাদা ইরিবা য়াশিংদা শীজিন্নরিবা মিংহুৎশিং অদু তাকউ—

রহিম নায়ে ; মহাক ওসি স্কুল কারক্তে। হৈনৌ থুম্মী ; মাসি

তীন চাগনবা হৈনী। ঐগী যুগদা অমা লৈবমী ; মাগী মঙ্গোম য়াম্না ফাউই। দিল্লী ভারতবর্ষগী রাজধানীনী ; মসিগী নিংথিবা লোংম লোম্নী জেনগংলক্লি।

---

# থোরোন

## ( ক্রিয়া Verbs )

ঐ লাইরিক পারি। রাম চৎলি। মহাক চাক চারে। য়াশিং অসিদা 'পারি' পাবগী থবক তৌবা, 'চৎলি' চৎপগী থবক তৌবা, 'চারি' চাবগী থবক তৌবা খঙহল্লি।

১। থোরোন ( ক্রিয়া Verbs )—য়া অমগী মতুংদা থবক তৌবা খঙহনবা য়ারোন অতুব থোরোন কৌই।

থোরোন চাউরাক্না মখল অনি থোকই। মাতুদি :— **থোরৈ থোরোন ( সকর্মক ক্রিয়া Transitive verbs )** অমসুং **থোরৈত থোরোন ( অকর্মক ক্রিয়া Intransitive verbs )**।

২। চাবা, য়েংবা, ফুবনচিংবা থোরোন শীজিন্নবদা করি চারি ? করি য়েংই ? কনাবু ফুই ? অসিগুম্বা য়াহং পুক্লিংদা মতোম মতোমতা পোকলকই। অদুনা অসিগুম্বা থোরোনশিং অসিথৌ অমমমগা লোয়ননা শীজিন্নৈ।

**থোরৈ থোরোন ( সকর্মক ক্রিয়া Transitive verbs )** থৌ লৈবা থোরোনবু থোরৈ থোরোন কৌই।

অসিগুম্না 'সাজো শীং থাঙৈরি'; ঐ নাপী কাল্লি' 'তোম্বী কৌ শুরি'; য়াশিংসিদা 'থাঙৈরি', 'কাল্লি', 'শুরি' থোৱোল্সিং অসি থোৱৈ থোৱোল্লী।

৩। অদুগা 'চৎখ্রে', 'তুম্লি', 'হোগৎলে', 'কপ্লি' অসিনচিংবা থোৱোল্সিং অসি তাবদা পুক্লিংদা থো অমগী য়াহং হংনিংবা পোক্কে, হাঙৈবদি মথোয় অসিদি থোগা লোইননা শীর্জিন্নদে।

**থোৱৈত থোৱোন ( অকর্মক ক্রিয়া Intransitive verbs )** —অসিগুম্বা থো লৈতবা থোৱোনবু **থোৱৈত থোৱোন** কৌই।

উচেক পাইরি। নোং তারি। মহাক চেনখ্রে। অঙাং তুম্লি। মাসিদা পাইরি, তারি, চেনখ্রে, তুম্লি হাঙৈবা থোৱোল্সিং অসি থোৱৈত থোৱোল্লী।

৪। থোৱৈ থোৱোনগী মন্নুংদা করি করিগুম্বা থোৱোনগী থো অনি লৈ। মথোয়বু **থো অনি থোনবা থোৱোন** কৌই।

পীবা, হংবা, তম্বিবা অসিনচিংবা থোৱোল্সি মহৌশানা থো অনি থোনবা থোৱোল্লী।

থুদম— ঐ কেরানীদা ফিস্ পীরম্মী। ইনস্পেক্টর না ছাত্রশিংদা য়াহং অনিথক হংখি। ওজানা ছাত্রশিংবু পাব তম্বিরি।

মথক্তী য়াশিংসিদা থোৱোন অমমমগী থো অনি অনি লৈ। থো অনিদুগী মন্নুংদা থোৱোনগা নক্লবা হেনবা থো অদুবু **থোবূৎ** ( মুখ্য কর্ম Direct object ), অতোপ্প অদুবুনা **থোশ্না** ( গৌন কর্ম

Indirect object ) কৌই। মথক্কী খুদমশিংছুদা ক্বিস্, য়াহং, পাম্বা থৌবুংনী ; কেরানীদা, ছাত্রশিংদা, ছাত্রশিংবু থৌশানী।

য়েংগদবা ঃ— থৌবুংদা অনিশুবা পংথৈ ( ২য়া বিভক্তি ) খুদম হাপ্তে থৌশাদা হাপ্পী।

৫। 'খেলেন্দ্র কলিকাতাদা চৎখ্রে' মাসিদা 'চৎখ্রে' থৌরোন-সিনা মা অসিগী ভাব মপূংফানা ফোংদোকঈ। মরম অসিনা 'চৎখ্রে' থৌরোন অসি অতূপ্পা থৌরোন্নী।

**অতুপ্পা থৌরোন ( সমাপিকা ক্রিয়া Finite verbs )**— মা অমবু মপূংফানা লোইহনব হাঙ্গৈবদি মাতুগী ভাব মপূংফানা ফোংদোকপা থৌরোন অদুবু **অতূপ্পা থৌরোন** কৌই।

খুদম্ ঃ— লক্ষ্মী চাক থোংলি। শ্যাম লাক্লে। গৌরহরি লংফৈ চৎখি। মাশিং অসিগী থৌরোন্সিং অসি অতুপ্পা থৌরোন্নী।

৬। 'গৌরী কপ্ত্‌না চৎখ্রে'। 'মহাক লাক্লবদি ঐ চৎকনি'। মা অনিসিদা 'কপ্ত্‌না' অমস্থং 'লাক্লবদি' হাঙ্গৈবা থৌরোন অনি অসি 'চৎখ্রে' অমস্থং 'চৎকনি' হাঙ্গৈবা থৌরোন অনি অসি য়াওদনা মাগী ভাব মপূংফানা ফোংদোকপা ঙমদে।

**তূপ্তবা থৌরোন ( অসমাপিকা ক্রিয়া Infinite verbs )** —অতোপ্পা থৌরোন অমা য়াওদনা মাগী ভাব মপূংফানা ফোং-দোকপা ঙমদবা থৌরোনবু **তূপ্তবা থৌরোন** কৌই। তৌদুনা, তৌরগা, তৌরবদি, তৌরবস্থু অসিনচিংব থৌরোল্সিংসি তূপ্তবা থৌরোন্নী।

### বাহং

১। থৌরোন মথল কয়ানো? খুদম উত্তু না তাকউ।

২। 'অতুপা থৌরোন অমসুং তুপুবা থৌরোন করি করিনো? খুদম অমমম পীয়ু।

৩। থৌবুং অমসুং থৌশা কদায়রু কৌই? খুদম অমমম পীয়ু।

৪। মথাদা ইরিবা য়াশিং অচুদা পীজিন্নরিবা থৌবোশিং অচু করম্বন করম্ব থৌরোন্নো চুম্ব তাকউ:—

অঙাংশিংনা ওজাদা পরীক্ষাগী পারা হংলি। অঙাংনা শান্নবা পাম্মী। নংনা তুম্নগা ঐ চৎকনি।

---

# শীংলোন

## ( বচন Number )

'স্কুল' হাঙ্গরগা স্কুল অমা খঙনৈ; স্কুলশিং হাঙ্গরগা অমদগী হেনবা স্কুল খঙনৈ। 'ঐ' হাঙ্গরগা ঐ ইতোমতা খঙনৈ; ঐখোয় হাঙ্গরগা ঐ, নচিংবা অমদগী হেনবা মীশীং খঙনৈ।

**শীংলোন ( বচন Number )**—পোৎ নত্রগা মীগী মশীং অমা নত্রগা অমদগী হেনবা খঙনবা মরোনবু **শীংলোন** কৌই।

মশীং অমা খঙনবা মরোনবু **শীংকোক ( একবচন Singular Number )** অমসুং অমদগী হেনবা মশীং খঙনবা মরোনবু **শীংয়াম ( বহুবচন Plural Number )** কৌই।

শীংকোক য়াহৈদা শিং, ময়াম, পুম্নমক, খোয়নচিংবা অমদগী

হেনবা মশীংগী খুদম হাপ্লগা শীংয়াম ওই। মাহুদি :— মীশিং, মী ময়াম, মী পূম্নমক, মী অহুম অসিনচিংবসি শীংয়াম্নী।

মৈতৈলোন্দা মহৌশানা অমদগী হেনবা মশীং খঙনবা য়াহৈ থয় শীঙ্কিম্নৈ। মাহুদি :—পোং, তুমা, পাবোং, খুংপু, কাঙলূপ অসিনচিংবা। মখোয়সিনা অমদগী হেনবা মশীং খঙহল্লবস্থ শীং-কোক য়াহৈনী। মখোয়সিদা শীংয়ামগী খুদম হাপ্লগা শীংয়াম ওই। মাহুদি :—ফোপোং মঙা, যণ পাবোং তরা, ডাকু কাঙলূপ অনি অসিনচিংবা।

করি করিগুম্বদা মিংলোন ( adj. ) নপ্রগা মি'হুৎ ( pron. ) অনিয়ক হনবনা শীংয়াম খুদম ওই। মাহুদি :—ফজফজবা লৈ, কনা কনা লাকই? অসিদা 'লৈ' 'কনাকনা' শীংয়াম্নী।

য়াহৈ অমওদা শীংয়াম খুদম অমদগী হেন্না হাপ্ল যাদে। মাহুদি :—লৈ ময়ামশিং, ক্তই পূম্নমকশিং হাঙ্গৈবা লাল্লী।

করি করিগুম্বদা 'রোম' ( about ) খঙনবদা অকক্লবা মশীংদা 'শিং ' হাপ্ল উই। মাহুদি :—য়া মঙাশিং ( মঙারোম ), চেংগোক তরুকশিং ( তরুকলোম ) অসিনচিংবা

করি করিগুম্বদা শীংকোক্লা শীংয়াম খঙহল্লী। মাহুদি :— লৈ হেকলকউ, ঙা ফাক্লসি ; মাসিদা লৈ, ঙা, শীংকোক্লী শীংয়াম খঙহল্লী।

## বাহং

১। শীংলোন হাঙ্গৈবসি করিনো? শীংলোনগী মথল কয়ানো?
২। শীংকোকপু শীংয়াম ওনবা খুদম করি করিনো?

৩। চুমথোকউ ঃ—

মী ময়ামশিং লাক্লে। কুপী কনাকনাশিং লাকই? ঙাশিং ফাকসি। মী খাইশিংবু বা অসি তাহনগনু। মখোইশিংগী মীং হায়ু। মশা ময়াম পুম্নমক্তা তাম্বোকখো। অঙাং মঙাগুদি কনানো?

৪। শীংকোক্লা শীংয়াম খঙহনবা খুদম অনি পীয়ু।

# পংথৈ

## ( বিভক্তি Endings )

'মী' মাহৈদা অ, না, বু, শিং, দা মচিংবা খুদম হাপ্লগা মী, মীনা, মীবু, মীশিং মীদা মচিংবা মারোন ওইহুনা মাহৈগী অর্থ পংথৈনাইনা খঙনৈ।

অমুক 'চা' থোরুদা ( ধাতুদা Root ) ঈ, রি, খি মচিংবা খুদম হাপ্লগা চাঈ, চারি, চাখিমচিংবা ওইহুনা থোরোনগী অর্থ পংথৈনাইনা খঙনৈ।

১। পংথৈ ( বিভক্তি Endings )— মাহৈ নত্রগা থোরোনগী মমৈদা পংথৈনাইব অর্থ খঙহন্নবা হাপ্লিব খুদমশিং অদুবু পংথৈ কৌই।

লোল্লীচৎ লাইরিক্তা পংথৈ মখল অনি লৈ—

(১) মাহৈ পংথৈ ( শব্দ বিভক্তি Case endings )

(২) থোরোন পংথৈ ( ক্রিয়া বিভক্তি Verbal endings )

ব্রাহৈ পংখৈ ব্রাহৈগী মথাদা হাপ্পী। মাহুদি ঃ—
অঙাংবু, অঙাংনা, অঙাংদা অসিনচিংবা। মাসিদা বু, না, দা ব্রাহৈ পংখৈনী।

থোৱোন পংখৈ থোৱুগী ( ধাতুগী ) মথাদা হাপ্পী। মাহুদিঃ—
চারি, চারম্মী, চাগনি অসিনচিংবা। মাসিদা রি, রম্মী, গনি থোৱোন পংখৈনী।

৩। ব্রাহৈ পংখৈ মথল তরেৎনী— অহানবা, অনিশুবা, অহুমশুবা, মরিশুবা, মঙাশুবা, তরুকশুবা অমসুং তরেৎশুবা।

## ব্রাহৈ পংখৈ

| পংখৈ | শীংকোক | শীংয়াম |
|---|---|---|
| ১বা | * অ, না, | শিং, খোয়, শিংনা, খোয়না |
| ২শুবা | বু, দা, | শিংবু, খোয়বু, শিংনা খোয়না |
| ৩শুবা | না | শিংনা, খোয়না |
| ৪শুবা | দা | শিংদা, খোয়দা |
| ৫শুবা | দগী | শিংদগী, খোয়দগী |
| ৬শুবা | গী | শিংগী, খোয়গী |
| ৭শুবা | দা | শিংদা, খোয়দা। |

য়েংশিনগদবা ঃ—ব্রাহৈদা হাপ্লগা করি করিশুম্বদা পংখৈগী মশক ওল্লী হাঙৈবদি 'বু' না পু, 'দা' না তা, 'দগী' না তগীনচিংবা ওই।

* ব্রাহৈগী মমৈদা হাপ্প 'অ' পংখৈ মাঙজৈ। মাহুদি মী+অ=মী শা+অ=শা অসিনচিংবা।

## নিপা রাহৈগী শক ( রূপ Declination )

| পংখৈ | | শীংকোক | শীংয়াম |
|---|---|---|---|
| ১বা | „ | নিপা, নিপানা | নিপাশিং, নিপাশিংনা |
| ২শুবা | „ | নিপাবু, নিপাদা | নিপাশিংবু, নিপাশিংদা |
| ৩শুবা | „ | নিপানা | নিপাশিংনা |
| ৪শুবা | „ | নিপাদা | নিপাশিংদা |
| ৫শুবা | „ | নিপাদগী | নিপাশিংদগী |
| ৬শুবা | „ | নিপাগী | নিপাশিংগী |
| ৭শুবা | „ | নিপাদা | নিপাশিংদা |
| কৌবদা | | নিপা! | নিপাশা। |

ঐ, ঐহাক, নং, নহাক, মা, মহাক, অসি, মাসি, অদু, মাদু মিংছৎশিংসি নত্তনা রাহৈ পূম্নমক্কী শক ( রূপ declination ) 'নিপা' রাহৈগী শক্কা মান্নে। করি করিগুম্বদা শীংয়াম খুদংঙ্ 'শিং'গী মহুত্তা 'পূম্নমক', 'ময়াম' নচিংবা মিংছৎ মিংলোন ( সর্ব্ব-নাম বিশেষণ ) শীজিন্নে।

য়েংশিনগদবা:—'মী' রাহৈনা মীওইবা নত্তনা মী অতৈ ( other persons or others ) খঙহল্লবদি ২শুবা, ৪শুবা, ৫শুবা অমস্যুং ৭শুবা পংখৈদা মথক্তা উৎলিবা 'নিপা' রাহৈগী শক্কা মান্নদবা য়াওই; মাদু মখাদা ইরিবসিনী। মীওইবা খঙনবা 'মী' রাহৈগী শক্তি পংখৈ পূম্নমক্তা 'নিপা' রাহৈগা চপমান্নে।

মী ( মী অতৈ other persons or others )

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১বা | পংখৈ | — | মী, মীনা |
| ২শুবা | „ | — | মীবু, মীওোন্দা |
| ৩শুবা | „ | — | মীনা |
| ৪শুবা | „ | — | মীদা, মীওোন্দা |
| ৫শুবা | „ | — | মীওোন্দগী |
| ৬শুবা | „ | — | মীগী |
| ৭শুবা | „ | — | মীওোন্দা |
| কৌবদা | | — | মী ! |

শীংকোক অমসুং শীংয়ামদা মথক্তা উৎলিবা মপ্পোং অসিমক শীজিন্নৈ।

ঐ, ঐহাক, নং, নহাক, মা, মহাক—মিংতুংশিংসিগী অনিখণ্ডনবা মশক ( দ্বিবচন ) লৈ। অনিখণ্ডনবা শক্তা পংখৈ ৭ মক্তা মখোয়গী মথাদা—'বানী' চণ্ডী: 'ঐ', 'ঐহাক' কী মফমদা 'ঈ' ওই, 'নং', 'নহাক' কী মফমদা 'ন' ওই, 'মা', 'মহাক' কী মফমদা 'ম' ওই ; অনিদগী হেনবা শীংয়ামদা ( বহুবচনদা ) শিংগী মহুত্তা 'খোয়' শীজিন্নৈ ; 'ঐহাক', 'নহাক', 'মহাক' কী হাক্ মাওঙ্ঈ।

২শুবা, ৪শুবা, ৫শুবা, ৭শুবা পংখৈগী শীংকোক্তা ঐ, নং, মা গী মথাদা 'ওোন' চণ্ডী; 'ঐহাক', 'নহাক', 'মহাক' কী ৪শুবা, ৫শুবা, ৭শুবা পংখৈদা 'হাক' কী মহুত্তা 'ওোন' ওই।

## 'ঐ' গী শক

| পংখৈ | শীংকোক | অনিখভনবা | শীংয়াম |
|---|---|---|---|
| ১বা | „ ঐ, ঐনা | ঈবানী, ঈবানীনা | ঐখোয়, ঐখোয়না |
| ২শুবা | „ *ঐবু, ঐঙোন্দা | ঈবানীবু, ঈবানীদা | ঐখোয়বু, ঐখোয়দা |
| ৩শুবা | „ ঐনা | ঈবানীনা | ঐখোয়না |
| ৪শুবা | „ ঐঙোন্দা | ঈবানীদা | ঐখোয়দা |
| ৫শুবা | „ ঐঙোন্দগী | ঈবানীদগী | ঐখোয়দগী |
| ৬শুবা | „ ঐগী | ঈবানীগী | ঐখোয়গী |
| ৭শুবা | „ ঐঙোন্দা | ঈবানীদা | ঐখোয়দা |

'নং' অমসুং 'মা' গী শকসু 'ঐ' গীগা মান্নে।

## 'ঐহাক' কী শক

| পংখৈ | শীংকোক | অনিখভনবা | শীংয়াম |
|---|---|---|---|
| ১বা | „ ঐহাক, ঐহাক্না | ঈবানীনা | ঐখোয়, ঐখোয়না |
| ২শুবা | „ ঐহাকপু | ঈবানীবু, ঈবানীদা | ঐখোয়বু, ঐখোয়দা |
| ৩শুবা | „ ঐহাক্না | ঈবানীনা | ঐখোয়না |
| ৪শুবা | „ ঐঙোন্দা | ঈবানীদা | ঐখোয়দা |
| ৫শুবা | „ ঐঙোন্দগী | ঈবানীদগী | ঐখোয়দগী |
| ৬শুবা | „ ঐহাক্কী | ঈবানীগী | ঐখোয়গী |
| ৭শুবা | „ ঐঙোন্দা | ঈবানীদা | ঐখোয়দা |

'নহাক' অমসুং 'মহাক' কী শকসু 'ঐহাক' কীগা মান্নে।

*শীংকোক্কী মরোং অমদদি—'ঙোন' চঙদে।

## 'অসি' গী শক

| পংখৈ | | শীংকোক | শীংয়াম |
|---|---|---|---|
| ১বা | „ | অসি, অসিনা | মখোয় অসি |
| ২শুবা | „ | অসি, অসিবু, অসিদা | মখোয় অসি, মখোয় অসিবু, মখোয় অসিদা |
| ৩শুবা | „ | অসিনা | মখোয় অসিনা |
| ৪শুবা | „ | অসিদা | মখোয় অসিদা |
| ৫শুবা | „ | অসিদগী | মখোয় অসিদগী |
| ৬শুবা | „ | অসিগী | মখোয় অসিগী |
| ৭শুবা | „ | অসিদা | মখোয় অসিদা |

'অসি' গী অনিথশুনবা শক মথক্তা উৎলিবা শীংকোক্কী মশক্তা 'অনি' রাহৈ মমাংদা হাপ্লগা থোকই—অনি অসি, অনি অসিনা অসিনচিংবা।

'অদু' গী শক 'অসি' গী শক্কা মান্নৈ।

## অসি, অদু গা মাসি, মাদু গা খেন্নবা

'অসি' অমস্থুং 'অদু' মহোশা মিংছুৎনী; মখোয়সি মিংছুৎওইনস্থু শীজিন্নৈ মিংলোন ওইনস্থু শীজিন্নৈ। অদুগা 'মাসি' অমস্থুং 'মাদু' রাহৈ অনিসিদি অশেঙ্বা মিংছুৎনী। মাদু—মা+অদু, মাসি—মা+অসি; মখোয়সি মিংলোন ( adj. ) ওইনা শীজিন্নদে। মখোয় অনিগী শক মথক্তা উৎলিবা 'অসি' মিংছুৎকী শীংকোক মশক্কা মান্নৈ। মখোয়দি শীংয়ামদা শীজিন্নদে।

## 'কনা' গী শক

| পংখৈ | | শীংকোক | শীংয়াম |
|---|---|---|---|
| ১বা | " | কনা, কনানা | কনা কনা, কনা কনানা |
| ২শুবা | " | কনাবু, কনাদা | কনা কনাবু, কনা কনাদা |
| ৩শুবা | " | কনানা | কনা কনানা |
| ৪শুবা | " | কনাদা | কনা কনাদা |
| ৫শুবা | " | কনাদগী | কনা কনাদগী |
| ৬শুবা | " | কনাগী | কনা কনাগী |
| ৭শুবা | " | কনাদা | কনা কনাদা |

## 'পূন্নমক' কী শক

| পংখৈ | | শীংকোক |
|---|---|---|
| ১বা | " | পূন্নমক, পূন্নমক্না |
| ২শুবা | " | পূন্নমক, পূন্নমকপু, পূন্নমক্তা |
| ৩শুবা | " | পূন্নমক্না |
| ৪শুবা | " | পূন্নমক্তা |
| ৫শুবা | " | পূন্নমক্তগী |
| ৬শুবা | " | পূন্নমক্কী |
| ৭শুবা | " | পূন্নমক্তা |

থ্বায়, ময়াম, মখোয়নচিংবা শীংয়াম মিংচুংকী মশকস্থ 'পূম্নমক' কীগা মান্নে। মখোয়গী শীংয়াম মশক লৈতে।

## ৱাহং

১। লোল্লীচঙ্গা 'পংথৈ' হান্নৈবসি করিনো? পংথৈ মখল কয়ানো? ৱাহৈ পংথৈ কদায়বু কৌই?

২। 'মী অতৈ' হান্নৈবদি 'অতোপ্পা মী' খঙনবা 'মী' ৱাহৈগী শক পংথৈ তরেংমক্তা উংলু।

৩। অসি, মাসিগা অমস্থং অদু, মাদুগা খেন্নবা অমস্থং মখোয়গী মশীজিন্ন তাকউ।

৪। মথাদা ইরিবা ৱাশিংসিগী শক পংথৈ তরেংমক্তা উংলু:—
আঙাং, ইমা, উ-পাম্বী, পুঠ্রী, ময়াম।

---

## শক্তম

### (লিঙ্গ Gender)

চাউবা, ঈপন, খুড়া, মামা অসিনচিংবা ৱাহৈসি নিপানী খঙনৈ। চাউবী, ইন্দোন, ঈনে, ঈক্ষান অসিনচিংবসি নুপীনী খঙনৈ। চে, কালি, নুং, ঈশিং, ভীল, কাঙ অসিনচিংবসিনা নিপা নুপী নাইদবা ৱাহৈনী খঙনৈ। মী, যণ, শগোল অসিনচিংবসিনা নিপা নুপী অনিমক সুপ্প ৱাহৈনী খঙনৈ।

শক্তম (লিঙ্গ Gender)— নিপাৱা নুপীৱা, নিপানুপী

থাইদবরা নত্রগা নিপামুপী সুপ্নরা হাঙবা খঙহল্লিবা য়াহৈগী খুদমবু শক্তম্ কৌই।

শক্তম মখল মরিনী :—

(১) নিপা খঙনব খুদমবু নিপাশক্তম ( পুংলিঙ্গ Masculine gender ) কৌই।

(২) নুপী খঙনব খুদমবু নুপী শক্তম (স্ত্রীলিঙ্গ Feminine gender ) কৌই।

(৩) নিপামুপী থাঙদবা খঙনবা খুদমবু শক্লাইদব শক্তম ( ক্লীবলিঙ্গ Neuter gender ) কৌই।

(৪) নিপা নুপী অনিমক সুপ্পনী খঙনব খুদমবু শকসূপ শক্তম ( উভ লিঙ্গ Common gender ) কৌই।

২। শক্তমগী মতুং ইন্না মিংখৈ অমসুং মিংলোনগী শক ওল্লী। মিংছত্তি শক্তমগী মতুংইন্না শক ওন্দে ; মিংখৈগী শক্তম মিংছৎকী শক্তমনী।

মৈতৈলোন্দা অর্থনা শক্তম লেপ্পী। 'আ' না লোয়্‌ব মী খঙনবা য়াহৈ অয়াম্ব নিপা শক্তমনী। 'আ' গী মহুত্তা 'ঈ' হাপ্লগা নুপী শক্তম ওল্লী।

| নিপাশক্তম | নুপীশক্তম |
|---|---|
| মাইবা | মাইবী |
| লল্লোনবা | লল্লোনবী |
| ফিশাবা | ফিশাবী |

| নিপাশক্তম | নুপীশক্তম |
|---|---|
| লাইয়েকপা | লাইয়েকপী |
| ঈশৈহনবা | ঈশৈহনবী |
| ৱায়েনবা | ৱায়েনবী |
| লাম্থোবা | লাম্থোবী |
| অশিংবা | অশিংবী |
| অপঙবা | অপংবী |
| অরূবা | অরূবী |
| লিকশাবা | লিকশাবী |
| পুরেনবা | পুরেনবী |
| খাদ্রাকপা | খাদ্রাকপা |
| লুচিংবা | লুচিংবী |

৩। ৱাহৈ খর অর্থগী মতুংইন্না অতোপ্পা ৱাহৈনা মহৌশানা নিপাশক্তম অমসুং নুপীশক্তম খাঈদুনা লৈ। মাদুদি :—

| নিপাশক্তম | নুপীশক্তম |
|---|---|
| ইপা | ইমা |
| ইপু | ইবেন |
| ইকু | ইনেম |
| খুড়া | ইন্দোন |
| ইপন | ইঙ্খান |
| মামা | ইনে |

| নিপাশক্তম | নুপীশক্তম |
|---|---|
| ইপ্বা | ইচন |
| মরা | মতু |
| ইবুং | ইচে, ইনম্মা |
| ইবাই | ইচে |
| ইশেন | ইচন |
| ইমাক | ইমৌ |
| পিবা | নীঙোন |
| চা | চনু |
| পাখ্রা | লুখ্রা |
| নিংথৌ | লৈমা ( রানী ) |
| স্নাখ্বা | স্নাইবেমা |
| লাঙ্গনিংথৌ | লাইরেম্মা অসিনচিংবা। |

৪। শা-উচেক খঙনব রাহৈদি 'লাবা' হাঙ্গরগা নিপাশক্তম 'অমোম' হাঙ্গরগা নুপীশক্তম খঙনৈ। মাস্কদি :—

| নিপাশক্তম | নুপীশক্তম |
|---|---|
| যল্লাবা | যণ অমোম |
| শগোল্লাবা | শগোল অমোম |
| চোঙা লাবা | চোঙা অমোম |
| তেনরা লাবা | তেনরা অমোম |
| কাঙ লাবা | কাঙ অমোম |

অসিনচিংবা।

৫। তীল-কাঙ, উ-রা, নাপী-শীংবী অমসুং থরাইপান্দবা খঙনবা য়াহৈ অয়াম্বনা শব্দাইদব শক্তমনী ( ক্লীবলিঙ্গ Neuter gender )। মাতুদি :—তুমিৎ, কাঙ, হয়িং, তিংথৌ, নূঙ, চে, কালি, ফক অসিনচিংবা। অতুগা 'খোইমু লাবা' নিপাশক্তমনী 'খোইমু অমোম' নুপীশক্তমনী।

৬। থরাইপানবগী মনুংদা অচৌবা কাঙলূপ খঙনব মিংথৈ পুন্নমক শকস্নুপ শক্তমনী। মাতুদি :—মী, ওজা, শা, ষণ, শগোল, শামু, ইরোই, কাক, ছেনরা অসিনচিংবা।

৭। অতোপ্প লোন্দগী চংলকপা য়াহৈ খরগী নিপাশক অমসুং নুপীশক মথাদা উৎলি—

| নিপাশক্তম | নুপীশক্তম |
|---|---|
| বামোন | থৌরানী |
| বাবু | বাবুনী |
| সাহেব | মেম, বিবি |
| ক্ষেত্রি | ক্ষেত্রানী |
| নিপা ওজা | নুপী ওজা |
| নিপা কবি | নুপী কবি |
| ইপা গুরু | ইমা গুরু |

অসিনচিংবা।

৮। লৈবাক, জাৎ অমসুং শাগৈ খঙনব য়াহৈদা চা, মচা,

নিপা হাপ্লগা নিপাশক্তম ; চন্নু, নিঙোন হাপ্লগা নুপীশক্তম ওই।
মাহুদি :—

| নিপাশক্তম | নুপীশক্তম |
| --- | --- |
| মণিপুর মচা | মণিপুর নিঙোন |
| মৈতৈ মচা | মৈতৈ চন্নু |
| সিলোট মচা | সিলোট নিঙোন |
| ময়াং নিপা | ময়াং নুপী |
| ভারত মচা | ভারত নিঙোন |
| ওইনাম মচা | ওইনাম চন্নু |

অসিনচিংবা।

৯। লৈ খঙনব হ্রাহৈ মহৌশানা নুপীশক্তম ওইন চৎনৈ। ম'হুদি :— জাতি, জুতি, থরো, থম্বাল, লৈহাউ, নুমিৎলৈ, কবোক্লৈ, শনারৈ, লৈপাকলৈ অসিনচিংবসি নুপীশক্তম্নী।

১০। হৈ খঙনব হ্রাহৈ মহৌশানা শক্লাইদব শক্তম (Neuter gender) ওইনা শীজিন্নৈ। মাহুদি—হৈনৌ, চম্প্রা, হৈখা, মাহৈ কভোই অসিনচিংবা।

১১। 'পোকপী' না লোম্ব মক্তম খঙনবা হ্রাহৈ মহৌশানা নুপীশক্তম্নী। মাহুদি :— হ্রাপোকপী, উসোইপোকপী, ম্রাঙৌ-পোকপী, হৈবোংপোকপী অসিনচিংবা।

## বাহং

১। শক্তম কদায়বু কৌই ? শক্তম মখল করানো ? মিংহুংকী শক্তম করম্না লেপ্লে ?

২। শা উচেক্কী শক্তম ওন্নব থুদম করি করিনো ?

৩। মহোশানা মুপীশক্তম ওইবা অমসুং মহোশানা শক্লাইদব শক্তম ওইব রাহৈ থর হাঙ্ক্রিয় ।

৩। মথাদা ইরিবা র্রাহৈশিংঙ্গু নিপা শক্তমবু মুপী শক্তমদা অমসুং মুপী শক্তমবু নিপা শক্তমদা ওংহোকউ—

মৈতৈ চন্থ, ভারত মচা, বাপোন, কাংঙ অমোম, চা, মাম, পুরেনবী, লাম্ভোব, মাইব, লাইবেম্মা ।

---

# থৌবাঙ

## ( কারক Case )

১। 'গোপাল মাঙোপ ময়ায়দা মথুৎনা ফুরিৎখাউদগী শেন লৌথোক্লনা ঈশৈশকপীদা থারি ।'

রা অসিদা 'থারি' থৌরোন্নী। কনানা থারি ? 'গোপালনা' থারি। করি থারি ? 'শেন' থারি। করিনা থারি ? 'মথুৎনা' থারি। কনাদা থারি ? 'ঈশৈশকপীদা' থারি। কদায়দা থারি ? 'মাঙোপ ময়ায়দা' থারি।

গোপাল, শেন, মথুৎনা, ঈশৈশকপীদা, ফুরিৎখাউদগী, মাঙোপ ময়ায়দা,—রারোন তরুক অসি তোঙান তোঙান্না 'থারি' থৌরোনগা মরী লৈনৈ হাঈবদি 'থারি' থৌরোনগী 'থো' ( ধাতু ) পাঙথোকপদা মথোয় অমমম্না তোঙান তোঙানবা থোদাং পুরি।

**থৌবাঙ ( কারক Case )**—রা অমদা থৌরোনগা অসুম্না মরী লৈনবা রারোন্সিং অদুবু থৌবাঙ কৌই ।

থোৌবাঙ হাঙৈবদি থোৌরোনগী থবক পাঙথোকপদা মতোং পাংব রারোন হাঙৈবনী।

২। থোৌবাঙ মখল তরুক্কী। মাদুদি :—(১) থোৌবু ( কর্ত্তা Nominative )। (২) থোৌ ( কর্ম Accusative )। (৩) থোৌবুরোয় ( করণ Instrumental )। (৪) থোৌকৎ ( সম্প্র-দান Dative )। (৫) থোৌথোঙ ( অপাদান Ablative )। (৬) থোৌফম ( অধিকরণ Locative )।

## থোৌবু থোৌবাঙ ( Nominative Case )

১। 'ঐ চৎলি' রা অসিদা 'চৎলি' থোৌরোনগী থৌ ( থবক ) পাঙথোকইবা 'ঐ' নী। 'ডাক্তার রাজেন্দ্র প্রসাদ ভারতকী রাষ্ট্র-পতিনী' অসিদা 'রাষ্ট্রপতিনী' হাঙৈবা থোৌরোনগী থৌ হাঙৈবদি রাষ্ট্র-পতি ওইবগী থবক পাঙথোকইবা 'রাজেন্দ্র প্রসাদ' নী।

থোৌবু ( কর্ত্তা Nominative )—রা অমদা থোৌরোনগী থবক পাঙথোকপদা মপু ওইরিবা ( মপুং ওইনা থৌ পুরিবা ) অদুবু থোৌবু কৌই।

*থোৌবু রারোঙদা ( কর্তৃবাচ্য Active Voice ) থোৌবুদা অহানবা রাহৈ-পংখৈ হাপ্পী।

## ৱাহং

১। থোৌবু কদায়বু কৌবগে? মথাদা ইরিবা রাশিংসিগী থোৌবু তাকউ :—

*রারোঙগী (বাচ্যগী) মরোন মথাদা ইরক্নি।

ভোংপোক শান্নরি। রাজেন স্কুল কাখি। নং ঐখোয়গী মরূপ্নী। থাপ্প চৎথিগন্নু।

# থৌ থৌবাঙ

## ( কর্ম কারক Accusative Case )

১। ওঝানা ঐবু চান্নী। তোম্বা হৈনো হেক্লি। মালতী ঈশৈ শক্লি। অসিদা 'চান্নী' 'হেক্লি' 'শক্লি' থৌরোন্সিং অসি হাঙদোক্লকপদা কনাবু চান্নী? করি হেক্লি? করি শক্লি? হাঙবা রাহংশিং অসি মতোম মতোমতা থোকচরকই। অমস্তং রাহংশিং-সিগী পাউখুম—'ঐবু' 'হৈনো' 'ঈশৈ' হাঙবসি থৌনী।

**থৌ ( কর্ম Object )**—থৌবুনা তৌরিবা থবক অদুবু থৌ কৌই।

থৌবু রারোঙগী ( Active Voice গী ) থৌ থৌবাঙদা ( Objective Case দা ) ২শুবা পংথৈ হাপ্পী। মাতুদি— ঐ মাবু য়েংনিংদে; মোহননা গোসাইবু ফুই; অসিনচিংবা।

২। হংবা, হায়বা তাকপা, পীবনচিংব থৌরোন্সিং অসি শীজিন্নবদা থৌ অনি চঙগী। অমনা থৌরেন, অতোপ্প অমনা থৌশা।

যদু কহ্লাইদা পারা হংলি। রাম শ্যামবু অঙ্ক তাকপিরি। অসিদা 'পারা' 'অঙ্ক' থৌরেন্নী, 'কহ্লাই' 'শ্যামবু' থৌশানী।

**থৌরেন ( মুখ্য কর্ম Direct object )**—থৌরোনগা মপূং ওইনা মরীলৈনবা থৌবু থৌরেন কৌই।

**থোশা ( গৌণ কর্ম Indirect object )—থৌরেনগী মশা ( মথং ) ওইনা থৌরোনগা মরীলৈনবা থৌবু থোশা কৌই।**

**থোশাদা ২শুবা পংথৈ হাপ্নী, থৌরেন্দা হাপ্তে।**

**মাহং**

১। লোল্লীচত্তা 'থৌ' হাঙ্গবসি করিনো? থৌ মথল কয়া শুই? মথোয়গী খেন্নবা খুদম পীদুনা তাকউ।

২। মথাগী মাহেশিংদুদা শীঞ্জিন্নরিবা থৌ তাকউ অমম্মং করিনা করম্ব থৌনো হাঙ্গয়—

লমচংফজবা অঙাংবু পুম্নমক্না চাপ্পী। নংঙোন্দা হংলকপা মাহং চুম্না খুম্ম। মহাত্মা গান্ধীনা ভারতমচা ঐখোয়দা অচুম্বা লম্বী তাকপিরম্মী।

৩। অহাঙবা ফুঙ্গিল্লু—

মমানা—হুংশি। মতম পুম্নমক্কা—ঙাংগদবনী। ওজানা ছাত্রশিংবু— য়েংহল্লি। মীগী—হুরানগম্বু।

---

# থৌবুরোয় থৌবাও

## ( করণ কারক Instrumental case )

'শ্যাহনবী মুক্তাবী কলম্না লাইরিক ইরি'—ব্রাসিগী থৌবু 'শ্যাহনবী' নী থৌরোম্না 'ইরি' নী। থৌবুনা করম্বা পাম্বৈনা থৌযোনগী থবক পাঙথোকই? মুক্তাবী কলমগী পাম্বৈনা।

**থৌবুরোয় থৌবাও ( করণ কারক Instrumental case )**

—থোবুনা থোরোনগী থবক পাঙথোকপদা অথোইবা পাম্বৈ ওইরিবা অহুবু থোবুরোয় থোবাঙ কৌই।

মথক্তা ইরিবা য়াহুদা 'মুক্তাবী কলম্না' থোবুরোয় থোবাঙনী। থোবুরোয় থোবাঙদা ৩শুবা পৎথৈ হাপ্পী। খুদম—কালি থাঙ্গোম্না শজিক কাল্লি। হৈতোন লোংনা ঙা থোল্লি। চাউ-তোন শঙ্গাইনা পয়া শিরি। য়াশিংসিদা মথা লৈইচিংবা য়ারোল্সিং অসি থোবুরোয় থোবাঙনী।

### য়াহং

১। থোবুরোয় থোবাঙ কদায়বু কৌই ?

২। মখাগী য়াশিংসিদা করম করম্বা য়ারোন থোবুরোয় থোবাঙনো তাকউ—

নিপা অমা শীংজংনা উ য়াল্লি। নমিংনা মুল্লা য়েংউ। মথোয় থোঙনা চংথে।

৩। থোবুরোয় হাপ্তুনা অহাংবা ফুল্লু —

নিপাহ—য়াম তকষ্টই। মথোয়—টাঙ্গ য়াৎলি। ফক অহু—শাবনী। লোউবশিংনা— লৌ থোই।

---

# থোগৎ থোবাঙ

## ( সম্প্রদান কারক Dative Case )

'নিংথৌ অহু লায়রবা মীকোক থুদিংদা শনা মোহর অমমম দান তৌখি'।

কনাদা দান তৌখি ? 'লায়রবা মীকোক খুদিংদা'। মরোং করম্না দান তৌখি ? মপু ওইবা থাদোক্তুনা দান তৌখি।

**থৌগৎ থৌবাঙ ( সম্প্রদান কারক Dative Case )**— মপু ওইরম্বা পুমথা থাদোক্তুনা পীথোকপগী পীনকম্বু **থৌগৎ থৌবাঙ** কৌই।

মথক্তা ইরিবা য়াত্তুদা 'লায়রবা মীকোক খুদিংদা' থৌগৎ থৌবাঙনী।

অসুম্না—মহাক্না মচানুপীতু লাইরিকহৈবা পাত্র অমদা থাজখি। হাকুম চাক্তাংবদা গোপালনা মকোত্তা লৈরম্বা ক্যো পুম্নমক লৈকাইগী মীদা য়েন্থোকখি। য়াশিংসিদা মথা লৈইচিংবা য়ারোন্সিং অসি **থৌগৎ থৌবাঙনী**। থৌগৎ থৌবাঙদা ৪শুবা পংথৈ তাপ্নী।

মপু ওইবা থাদোক্তুনা পিথোক্রবদি থৌগৎ থৌবাঙ নত্তে। মাত্তুদি :—'ধোবীদা ফি থাখ্রে'; 'লাঙ্গোনযানফমদা লো শানখ্রে'। য়া অনিসিদা 'ধোবীদা' 'লাঙ্গোনয়ানফমদা' থৌগৎ থৌবাঙ নত্তে। মরমদি, ম সিদা পীথোকইবা পোৎশিং অসি **মপু ওইবা থাদোক্তুনা পীথোকখিবা নত্তে**।

পীকম থোক্তুনা পীবগী পীনফমম্বু থৌগৎ থৌবাঙ নত্তে। খুদম :—ঐ লাকপদা খাজনা থীরম্মী। মহাক চাকরশিংদা থাগী তলব পীখ্রে। অসিদা 'লাকপদা' 'চাকরশিংদা' থৌগৎ থৌবাঙ নত্তে।

**ৱাহং**

১। থোগাং থৌবাঙ কদায়নবু কৌই ?

২। মথাদা ইরিবা ৱাশিংহুদা করম করম্বা ৱায়োন থোগাং থৌবাঙনো তাকউ—

ইনাকখুনবা নিপাত্র চাক্লিবা মীকোক খুদিংদা চেং মণ অমমম পীনখি। যাইমা মহাক্কী শুকদা মাগী মণ পুম্নমক কথোকখ্রে। নণি দর্জীদা মাগী ফুরি তুনবা ফি পীরম্লে। ভোথীবৈ পিয়োন্দা ইংখোল থাজনা থিখি।

৩। থোগাং থৌবাঙ শীজিন্নহুনা ৱা অহুমদং শেম্মু।

---

# থোখোঙ থৌবাঙ

## ( অপাদান কারক Ablative Case )

'থোইদিংদগী থাউ থোকঈ'। 'কোংসুংদগী উচি চেনখ্রে'। ৱা অনিসিদা 'থোকঈ' থোয়োনগী থৌ থোইদিংদগী হৌরকঈ ; 'চেনখ্রে' থোয়োনগী থৌ 'কোংসুংদগী' হৌরকঈ।

**থোখোঙ থৌবাঙ ( অপাদান কারক Ablative Case ) —করিগুম্বা অমা থোকলকপা, চেনখিবা, লৌবা, তাবা, পোকপ-নচিংবগী হৌরকফম মখোঙবু থোখোঙ থৌবাঙ কৌই।**

খুদম—শঙ্গোমদগী ঘী থোকঈ। ফত্তব লমচত্তগী লায়না অয়াম্বা পোকঈ। মিত্তগী পি তাথি। ৱা অসি মঙোন্দগী

তারকপনী। রাশিংসিদা মথা লৈইচিংবা রারোম্জিং অসি থোখোঙ থোবাঙনী।

থোখোঙ থোবাঙদা ৫শুবা পংথৈ হাপ্পী।

**রাহং**

১। থোখোঙ থোবাঙ কদায়বু কৌই ?

২। মথাদা ইবিবা রাশিংসিদা থোখোঙ থোবাঙ তাকউ—

মন্দদগী পাম্বা হোঙ্ঈ। ইমুংদগী কাঙ্ পাইথোকখে। শেল্লৈতবদগী শবক লেপখিল্লী। ঐ রাসি মঙোন্দগী তাবকঈ।

৩। থোখোঙ থোবাঙ হাপ্তুনা অহাঙবা ফুল্লু—

মহাক—মপাম্থোনখে। ঐ—সুপা মঙা লৌরকঈ। —মনিনা কাঈ। মী পূম্মন ক—কিব ফংলে।

---

# থোফম থোবাঙ

## ( অধিকরণ কারক Locative Case )

'নারক্কা শা লৈ'। কদায়দা শা লৈ ? নাবক্কা। অসিদা 'লৈ' থোবোনগী থো পাঙথোকফম 'নারক্কা'নী।

'অহিংদা ভন্দন পাই'। করম্ব মতমদা ভন্দন পাই ? 'অহিংদা'। অসিদা 'পাই' থোবোনগী থো পাঙথোকফম 'অহিংদা'নী।

**থোফম থোবাঙ ( অধিকরণ কারক Locative Case )—** রা অমদা থোবোনগী থো পাঙথোকফম ওইরিবা অত্নবু থোফম থোবাঙ কৌই।

অসুম্না, থাদা চীং লৈ। পুখ্রিদা থম্বাল শাৎলি। অম্নাবদা ম্মুংঙাইবা লৈ। চুদা অথুম্বা লৈ। উপুদা ফি থম্মী। অম্নাবা মতমদা মম্নপকী মতেং পাংউ।

ৱাশিংসিদা মথা লৈইচিংবা ৱারোন্সিং অসি থৌফম থৌ-থৌবাওনী।

থৌফম থৌবাওদা ৭শুবা পংথৈ হাপ্পী।

**ৱাহং**

১। থৌফম থৌবাঙ কদায়বু কৌই?

২। মথাগী ৱাশিংদা শীঙ্গিন্নরিবা থৌফম থৌবাঙ তাকউ :—

লৈকোন্দা লৈ শাৎলে। ৱাকচাং থাদা উন্ তাই। মোহন লাইরিক্তা পুক্রিং চঙঈ। উচান্দা থাউ লৈ।

---

# মরী ৱারোন

## ( সম্বন্ধ পদ Possessive Case )

‘সমুদ্রগী ঈশিং য়াকৃঈ’। ৱা অসিদা ‘সমুদ্রগী’ হাঙবা ৱারোন অসি ‘ঈশিং’ হাঙবা মিংথৈ অসিগী নক্নবা মরীনী।

মরী ৱারোন ( সম্বন্ধ পদ Possessive Case )—অতোপ্পা মিংথৈ অমগী নক্নবা মরী ওইবা ৱারোনবু মরী ৱারোন কৌই।

মরী ৱারোন্দা ৬শুবা পংথৈ হাপ্পী। মাসি থৌবাঙ্ ( কারক ) নত্তে। মরমদি থৌরোনগী থো পাংথোকপদা মাসিগী থবক চঙ্দে।

খুদম :—কামণীগী মচা অনি লৈ। মহাক্তী মখোঙ নাম্ম তেম্লে। লৈরেনগী লাইরিক মাঙখ্রে। ব্রাশিং অসিদা মথা লৈইচিংবা ব্রারোন্সিং অসি মরী ব্রারোন্নী। মখোয় অসি থৌ-রোনগী থবক পাঙথোকপদা থৌ পুদে।

অমদগী হেনবা মরী ব্রারোনগা মী নত্ত্রগা পোৎ অমত্তগা তিন্নবা মরী লৈনরবদি মমৈথংবা ব্রারোন্দা মরী ব্রারোনগী পংখৈ হায়্নী। অতুগা মরী ব্রারোন্সিং অতুগী তোঙান তোঙানবা মরী খঙহল্লবদি মখোয় খুদিংমক্তা মরী ব্রারোনগী পংখৈ (ঙশুবা) হায়্নী। মাতুদি :—

(ক) রাম অনস্তুং শ্যামগী মপা লাকলম্মী (মপা অমত্তনী)।

(খ) রামগী অমস্তুং শ্যামগী মপা লাকলম্মী (মপা অনিনী)।

**ব্রাহং**

১। মরী ব্রারোন করিনো? মাসি খোবাঙলা? নলবদি করিননো? খুদম পীদুনা তাকউ।

---

# মিংগৌ ব্রারোন

## (সম্বোধন পদ Case of Address)

কনাগুম্ব অমবু কৌদুনা নত্ত্রগা লৈশি লৈখোন্দুনা হাঙ্গৈরকপা মতমদা মৈতৈলোন্দা ব্রাহৈগী মশক ওনবা লৈতে। করি করি-গুম্বদা ব্রাহৈগী মমাংদা 'হে' 'হো' হায়্নদি উই। ইথ মতমদা ব্রাহৈগী মতুংদা (।) খুদম অসি হায়্নী।

মাহুদি :—( হে ) মরূপ ! ( হো ) তোম্বা !

**মিংগৌ ৱারোন ( সম্বোধন পদ Case of Address )—** কনাগুম্বা অমবু কৌতুনা নত্রগা লৈসি লৈথোন্দুনা হাঙ্গৈরকপা মতমদা শীজিন্নরিবা ৱারোন অদুবু **মিংগৌ ৱারোন** কৌই।

মিংগৌ ৱারোনদা ১বা পংথৈ হাপ্পী।

অকক্লবা মশাং য়াউদবা অমদগী হেনবা মীকোক কৌরকপদা মিংগৌ ৱারোন্দা 'শা' হাপ্পী। মাহুদি :—

হে অঙাংশা ! নিপামচাশা ! নুপীমচাশা ! অসিনচিংবা।

## ৱাহং

১। মিংগৌ ৱারোন কদায়বু কৌই ? মথাদা ইরিবা ৱাশিংদুদা য়াওবা মিংগৌ ৱারোন তাকউ :—

অঙাংশা ! তুমিন তুমিল্লা ফম্। যাদব ! নং কদায়দা চৎলুই ? ইচাশা ! তনগহু।

---

# মতম

## ( কাল Tense )

লোল্লীচং লাইরিক্তা থৌরোনগী থবক থোকপ তাঞ্জাবু মতম ( কাল Tense ) কৌই।

মতম চাউরাক্লা মখল অহুম থোক্লা খাঙ্গী। মাহুদি :—চত্তুম্, মাংদম অমসুং তুংদম।

মতম মখল অহুমসি অমমম্না অমুক মচা অহুম অহুম থোক্না থাঙ্গ।

১। চত্তম ( বর্ত্তমান কাল Present Tense )—চৎলিবা মতমদা ওইব থবক খঙনব থৌরোনগী মতমবু চত্তম্ কৌই।

চত্তম মখল অহুম্নী—(১) তত্ত চত্তম ( নিত্য বৃত্ত বর্ত্তমান Present Indefinite ) (২) ওইরিবা চত্তম ( অসম্পন্ন বর্ত্তমান Present Progressive ) (৩) ওইরব চত্তম ( ভুতাসন্ন বর্ত্তমান Present Perfect )।

(ক) 'থান পৃথিবীবু কোঙ্গ' অসিদা 'কোঙ্গ' হাঙ্গবা থৌরোনসিনা মতম পূন্নমক্তা ওইব থবক অমগী মতম খঙহল্লী। মাসি মাংদ ওইরম্মী, হুজিক ওইরি, তুংদসু ওইখিনী।

(খ) 'মৈতৈ ঙা চাঙ্গ' অসিদা 'চাঙ্গ' হাঙ্গবা থৌরোনসিনা মৈতৈনা শিঙ্গাং ওইন তৌব থবক অমগী মতম খঙহল্লী।

তত্ত চত্তম ( নিত্যবৃত্ত বর্ত্তমান Present Indefinite )—মতম পূন্নমক্তা ওইবা অমসুং শিঙ্গাং ওইন ওইবা থবক খঙনবা থৌরোনগী মতমবু তত্ত চত্তম কৌই।

(গ) ৱারী লিরকপদা মমাংদৈদা থোকখিব কুইরব থবক অমা খঙহনবদসু তত্ত চত্তম শীজিন্নৈ। মাদুদি :—'সার্ জেম্স্ জোনষ্টোন সার্ চন্দ্রকীর্তি মহারাজগী শ্নাহাক্তক্তা মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট ওই'। মাসিদা 'ওই' তত্ত চত্তম্নী। মাসিবু ৱারী চত্তমসু ( Historical Present ) কৌই।

*(১) তত্ত চত্তমদা থোৌরুগী ( ধাতুগী ) মমৈদা থোৌরোন পংথৈ 'ঈ' হাপ্পী। 'ঈ' পংথৈ অসি করিগুম্বদা 'ই' ওই, করিগুম্বদা মাংখি, করিগুম্বদনা থোৌরু অমসুং মাসিগী মরক্তা অতোপ্পা ময়েক চঙলকঈ। মাতুদি :—

তক্+ঈ—তক্ঈ, পাই+ঈ—পাই ( Fly )
পা+ঈ—পাই ( Read ), তপ্+ঈ—তপ্পী,
কং+ঈ—কংলী, পন্+ঈ—পল্লী।

(ক) নত্ত-খণ্ডনবদা ( Negation দা ) থোৌরুগী মথাদা 'দে' পংথৈ হাপ্পী। কাওলুপকী অহানবা ময়েক লোম্ব অমসুং 'লৈ' থোৌরুগী মথাদা লাকপা 'দে' অদু 'তে' ওই।—

চা+দে—চাদে, লাউ+দে—লাউদে,
কপ্+দে—কপ্তে, লৈ+দে—লৈতে।

(খ) হংবদা ( Interogation দা ) তত্ত চত্তমদা থোৌরুগী ( ধাতুগী ) মমৈদা 'ব্রা' পংথৈ হাপ্পী। কাওলুপকী অহানবা ময়েক লোম্ব থোৌরুগী মথাদা লাকপা 'ব্রা' অদু 'প্রা' ওই।—

উ+ব্রা—উব্রা কপ্+ব্রা—কপ্প্রা
উই+ব্রা—উইব্রা লং+ব্রা—লংব্রা।

(গ) নত্ত-হাহংদা ( Negative Interogation )—থোৌরুগী মমৈদা 'দ্রা' নত্রগা 'দরা' পংথৈ হাপ্পী। কাওলুপকী অহানবা

*মাসিগী তিরম অসি লাইরিক অসিগী অনিশুবা শরুক্তা মচা থাক্তনা নৈনরি।

ময়েক্ক লোম্ব অমসুং 'লৈ' থোরুগী মথাদা লাকপা 'দ্রা' অমসুং 'দব্রা' গী 'দ্' অদু 'ত্' ওই।—

নং+দ্রা—নংদ্রা    লৈ+দব্রা—লৈতব্রা
তং+দ্রা—তন্দ্রা    তক্+দব্রা—তক্তব্রা

২। (ক) 'হয়িংখোই পাইরি' অসিদা 'পাইরি' থোরোম্না হুক্তিকমক থোক্লিবা লোইদ্রিবা থবক অমগী মতম খঙহল্লী।

**ওইরিব চত্তম (অসম্পন্ন বর্ত্তমান Present Progressive)**—হুক্তিকমক থোক্লিবা লোইদ্রিব থবক অমা খঙনবা থোরোনগী মতমবু ওইরিব চত্তম কৌই।

(১) ওইরিব চত্তমদা পৌরুগী (ধাতুগী) মমৈদা থোরোন পংথৈ 'রি' হাপ্পী।

থাঙ্+রি—থাঙরি    পো+রি—পোরি
লৌ+রি—লৌরি    ই+রি—ইরি।

(২) তাংজ ময়েক্কী (ব্যঞ্জন বর্ণগী) মথাদা হাপ্প 'রি' অদু 'লি' ওই; 'ন্' না লোম্ব থোরু ওইরবদি 'ন্' অদু 'ল্' ওল্লি।

থক্+রি—থক্লি,    মং+রি—মংলি
তম্+রি—তম্লি,    খঙ+রি—খঙলি
তান্+রি—তাল্লি,    পান্+রি—পাল্লি।

(খ) থোইদোক্ল কুইদ্রিব মতমগী মমাঙদা হৌগৎখ্রগা হুক্তিকফাওব চথরিব থবক খঙহনবদসু ওইরিব চত্তম শীজিন্নৈ। খুদম—ছাত্রশিংনা লহাল ১লা তারিখতগী সত্যাগ্রহ তৌরি।

(গ) ওইরিব চত্তমগী হংবদা ( Interogation দা )—থোরুগীমমৈদা 'রিব্রা' পংথৈ হাপ্পী। তাংজ ময়েক্ক লোম্ব থোরুগী মথাদা লাকপা 'রিব্রা' গী 'র্' দু 'ল্' ওই। ন্ গী মথাদ লাক্লগা 'ন্' ছুম্ব 'ল্' ওই।—

পাই + রিব্র —পাইরিব্রা, তম্ + রিব্রা—তম্লিব্র',
তৎ + রিব্রা—তৎলিব্রা, কন্ + রিব্রা—কল্লিব্রা।

(ঘ) নত্ত থঙনবদা ( Negation )—থোরুগী মথাদা 'দ্রি' পংথৈ হাপ্পী। কাঙলূপকী অহানব ময়েক্ক লোম্ব অমস্থুং 'লৈ' থোরুগী মথাদা লাকপা 'দ্রি' দু 'ত্রি' ওই।—

তা + দ্রি—তাদ্রি, লং + দ্রি—লংদ্রি,
লৈ + দ্রি—লৈত্রি, তপ্ + দ্রি—তপ্ত্রি।

(ঙ) নত্ত-বাহংদা ( Negative Interogation ) থোরুগী মথাদা 'দ্রিব্রা' পংথৈ হাপ্পী। কাঙলূপকী অহানব ময়েক্ক লোম্ব অমস্থুং 'লৈ' থোরুগী মথাদা লাকপা 'দ্রিব্রা' গী 'দ্রি' দু 'ত্রি' ওই।—

খা + দ্রিব্রা—খাদ্রিব্রা থন্ + দ্রিব্রা—থন্দ্রিব্রা
থপ্ + দ্রিব্রা—থপ্ত্রিব্রা চাক্ + দ্রিব্রা—চাক্ত্রিব্রা।

৩। 'মহাক চাক চারে' বা অসিদা 'চারে' থোরোম্না থোকখিবা থোইদোক্ক কুইদ্রিব থবক অমগী মতম খঙহল্লি অমস্থুং থবক অদুগী মহৈ লুজিক ফাওব লৈরি হাঙবদি মহাক লুজিক ফা ওবা চাক শাম্মিরোই হাঙবা খঙহল্লী।

**ওইরব চত্তম ( ভুতাসন্ন বর্ত্তমান Present Perfect Tense )**—থোকখিবা কুইত্রিবা অমস্থং হুক্তিক ফাওবা মহৈ লৈরিবা থবক খঙনব থোৱোনগী মতমবু **ওইরব চত্তম** কোই।

(১) ওইরব চত্তমগী থোরুদা থোৱোন পংথৈ 'ৱে' করি-গুম্বদা 'খ্রে' হাপ্পী।

খা+ৱে—খারে, ঙৌ+ৱে—ঙৌরে
উ+ৱে—উরে, চা+খ্রে—চাখ্রে।

(২) তাংজ ময়েক্কী মথাদা হাপ্প 'ৱে' দু 'লে' ওই ; 'ন্' না লোম্বা থোরু ওইরবদি 'ন্' অদু 'ল্' ওই।—

তেক্+ৱে—তেক্লে, কং+ৱে—কংলে
থম্+ৱে—থম্লে, পাং+ৱে—পাংলে
পান্+ৱে—পাল্লে, কেন্+ৱে—কেল্লে।

(ক) **ৱারী লীরকপা মতমদা** করি করিগুম্বদা মমাঙৈঙদা থোকখিব থবক খঙনবদস্থ **ওইরব চত্তম** শীজিন্নৈ। মাদুদি :— অদুগী তুংদা মহাক মাগী পোং পূন্নমক থোমজীল্লে ; ভাইহাক ফম্মগা মহাক মফম অদু থাদোক্কুনা চংখ্রে। অসিদা 'থোমজীল্লে' ওইরব চত্তমগী মৱোঙনী।

(খ) **হুক্তিক ফাওবদি ওইত্রিবা অদুগা য়াম্না থুনা থোক্ল-গদব থবক খঙহনবদস্থ ওইরব চত্তম শীজিন্নৈ।**

খুদম :— 'ঐ লাক্লে', 'ঐখোয় চংলে'—অসিদা লাকপ,

চংপদি তৌদ্রি, অতুগা থোরোল্লিংসিনা লাকপ, চংপগী থবক থুনা থোক্লগনি খঙহল্লি।

ওইরব চত্তমগী হংবদা ( Interogation ) থোক্লগী মমৈদ 'রব্রা' পংখৈ তপ্পী। তাংজ ময়েক্ল লোম্ব থোক্লগী মথাদা 'রব্রা' গী 'র' দু 'ল' ওই। 'ন্' গী মথাদা লাক্লগা 'র' দু 'ল' ওই।—

তৌ+রব্রা—তৌরব্রা, পৈ+রব্রা—পৈরব্রা

কন্+রব্রা—কল্লব্রা, চিক্+রব্রা—চিক্লব্রা।

নত্ত-খণ্ডনবদা ( Negation দা ) থোক্লগী মমৈদা 'দ্রে' পংখৈ হাপ্পী। কাঙলূপকী অহানব ময়েক্ল লোম্ব অমস্তুং 'লৈ' থোক্লগী মথাদা লাকপ 'দ্রে' দু 'ত্রে' ওই।—

ওই+দ্রে—ওইদ্রে, লৈ+দ্রে—লৈত্রে

ওক্+দ্রে—ওক্ত্রে, মাং+দ্রে—মাংদ্রে।

নত্ত হাহংদা ( Negative Interogation দা ) থোক্লগী মথাদা 'দ্রব্রা' পংখৈ হাপ্পী। কাঙলূপকী অহানবা ময়েক্ল লোম্ব অমস্তুং 'লৈ' থোক্লগী মথাদা লাকপ 'দ্রব্রা' গী 'দ্' দু 'ত্' ওই।

পা+দ্রব্রা—পাদ্রব্রা, লৈ+দ্রব্রা—লৈত্রব্রা

ফক্+দ্রব্রা—ফক্তব্রা, শম্+দ্রব্রা—শমদ্রব্রা।

## হাহং

১। লোল্লীচত্তা মতম হান্নবসি করিনো? চাউরাক্লা মতম মথল কয়া শুই? খুদম পীয়ু।

২। চত্তম মথল কয়ানো? মথল খুদিংগী হা অমমম হান্নয়ু।

৩। তন্ত চন্তম মখল খুদিংগী চুম্ন হংবা অমস্থং নত্ত ঝাহংগী থোরোন পংথৈ হাঙ্গৈয়ু।

৪। মথাদা ইরিবা থোরোন্‌সিংসিগী মতম হাঙ্গৈয়ু—

চাখিবা তুমখিবৈদা চাশিনবা হনী। অঙাংশিং কাঙজৈ শান্নরি। ময়াং শেকপীনা অহিংদা চিঙ্গাক থি। ইং কুমজা ১৯৪৭ তা ভারত স্বাধীন ওই। মহাক চাক চাখিব্রা? নং ঐবু খঙব্রা? মা নহাকপু খঙব্রা?

---

# মাঙ্‌দম্‌

## ( অতীত কাল Past Tense )

মাঙদা ওইখ্রব থবক খঙনব থোরোনগী মতমবু মাঙ্‌দম্‌ ( অতীত কাল Past Tense ) কৌই।

মাঙদম্‌ মখল অহুম্নী। মাদুদি :—ওইরম্ব মাঙদম্‌, ওইরম্লিমা মাঙদম্‌, ওইরম্লব মাঙদম্‌।

১। (ক) ‘মহাক্ল শিরমদাইদা মচাশিংদা অফব পাউত্তাক পীরম্মী’ বাসিদা ‘পীরম্মী’ হাঙ্গৈব থোরোন অসিনা মমাঙৈঙদা থবক অমা চুম্নত থোকখি খঙহল্লী।

**ওইরম্বা মাঙদম্‌ ( সাধারণ অতীত Past Indefinite )—** মাঙদ থবক অমা চুম্নত থোকখি হাঙ্গৈব খঙনব থোরোনগী মতমবু ওইরম্বা মাঙদম কৌই।

(১) ওইরম্ব মাওদমদা থোৰুদা থোৱোন পংথৈ 'রম্মী' হাপ্পী।—

উ+রম্মী—উরম্মী, তৈ+রম্মী—তৈরম্মী

থা+রম্মী—থারম্মী, কে+রম্মী—কেরম্মী।

(২) তাংজ ময়েকী ( ব্যঞ্জন বর্ণগী ) মথাদা তপ্লবদি 'রম্মী' 'লম্মী' ওই; থোৰুদা তপ্লগা 'ন্' অদু 'ল্' ওই।

তং+রম্মী—তংলম্মী, থন্+রম্মী—থল্লম্মী।

(৪) মমাঙৈডদা শিঞ্জাং ওইন তোয়ন ওইরম্বা, হুজিক্তি থোকখিদ্রব থবক খণ্ডনবদসু ওইরম্ব মাওদম শীজিন্নে। মাদুদি —"ইচা লৈরিবৈদদি মখোয় পৃন্নমক ঐগীদা তিল্লম্মী।" মণিপুরদা 'সাহেবনপানব নৌরিবৈদা পোথাং পুনরম্মী।' অসিনচিংবা।

নত্ত খণ্ডনবদা ( Negation দা )—থোৰুদা 'রম্দে' হাপ্পী—তাংজ ময়েকী মথানা লাকপ 'বম্দে' গী 'র' দু 'ল' ওই; 'ন্' গী মথাদা ওইরবদি 'ন্' সু 'ল্' ওই।

থা+রমদে—থারমদে, চন্+রমদে—চল্লম্দে

তং+রম্দে—তংলম্দে, থম্+রম্দে—থম্লম্দে।

হংবদা ( Interogation দা ) থোৰুগী মথাদা 'রম্ব্রা' পংথৈ তপ্পী।—

চা+রম্ব্রা—চারম্ব্রা, তপ্+রম্ব্রা—তপ্লম্ব্রা

শক্+রম্ব্রা—শক্রম্ব্রা, পন্+রম্ব্রা—পল্লম্ব্রা।

নত্ত-বাহৈংদা ( Negative Interogation দা ) থোৌরুগী মথাদা 'রমদত্রা' পংখৈ তগ্নী।—

কপ্ + রম্দত্রা—কপ্পমদত্রা, থন্ + রমদত্রা—থল্লম্দত্রা

তক্ + রম্দত্রা—তক্কুম্দত্রা, ই + রম্দত্রা—ইরম্দত্রা।

পংখৈ হাপ্পগী হৌনবী ( ময়েক ওনবা মাগুবা ) মথক্তা ইরিব-সিগা চপ মান্নে।

২। 'নোংডাল্লকপ ফাওবদা ঈশিংচু শারম্লি' মাসিদা 'শারম্লি' থোৌরোন্‌সিনা মাংদ থোকখিব থোৌথোক অহু লোইরমত্রি—চথহুনা লৈরম্লি হাঈব খঙহল্লি।

ওইরম্লিব মাওদম ( ঘটমান অতীত Past Progressive ) —মাঙদদি থোকখ্রগা লোইদি লোইদনা চথরম্লিবা থবক খঙনব থোৌরোনগী মতমবু ওইরম্লিব মাওদম কৌই।

(১) মসিগী থোৌরুদা থোৌরেন পংখৈ 'রম্লি' হাপ্পী। মাদুদি—

ই+রম্লি—ইরম্লি, নক্+রম্লি—নক্কম্লি

তিং+রম্লি—তিংলম্লি, পন্+রম্লি—পল্লম্লি।

'রম্লিগী' মহুত্তা 'রম্মি' 'রম্মী' থোৌরোন পংখৈ অনি অসিমু শীজিন্নে।

খুদম :—(ক) ঐখোয়না থুংলুবা মতমদা সভাপতি বক্তৃতা তৌরম্লি।

(খ) ঐখোয়না থুংলুবা মতমদা সভাপতি বক্তৃতা তৌরম্মি।
(গ) " " " " " তৌরম্মী।

(২) নত্ত খণ্ডনবদা ( Negation দা ) 'রম্মি' 'রম্মি' নচিংবগী মহুত্তা 'রমদ্রি' অমসুং 'রমদে' শীজিন্নে—

নৈ+রমদ্রি—নৈরমদ্রি, শক্+রমদ্রি—শক্লমদ্রি
পাই+রমদে—পাইরমদে, পন্+রমদে—পল্লমদে

হংবদা ( Interogation দা )—থৌরুগী মখাদা 'রম্লিব্রা' পংথৈ তপ্পী—

কা+রম্লিব্রা—কারম্লিব্রা, নক্+রম্লিব্রা—নক্লম্লিব্রা
ফুন+রম্লিব্রা—ফুল্লম্লিব্রা, পম্+রম্লিব্রা—পম্লম্লিব্রা

'রম্লিব্রা'গী মহুত্তা 'রম্মিব্রা' সু তপ্পা য়াই।

নত্ত-বাহংদা ( Negative Interogation দা )—থৌরুগী মখাদা 'রমদ্রিব্রা' পংথৈ তপ্পী।—

তা+রমদ্রিব্রা—তারমদ্রিব্রা, থং+রমদ্রিব্রা—থংলমদ্রিব্রা
থন্+রমদ্রিব্রা—থল্লমদ্রিব্রা, চন্—রমদ্রিব্রা—চল্লমদ্রিব্রা

য়েংশিনগদবা—পংথৈ হাপ্লগী হৌনবী ( ময়েক মাঙবা, ওনবা ) মথক্কীগা মাল্লে।

৩। 'ঐনা স্কুলদা থুংলুবদা ওজা লাক্লম্লে' রা অসিদা 'থুংলুবদা' অমসুং 'লাক্লম্লে' থৌরোন অনি অসিনা মাঙদা থোক-থিবা থবক অনি খঙহল্লি ; অনিতুগী মরক্তা 'লাক্লম্লে' থৌরোনগী থবক্না 'থুংলুবদা' থৌরোনগী থবক্কী মাঙ থাখি খঙনরি

ওইরম্লব মাঙদম ( পরোক্ষ অতীত Past Perfect )—মাঙ্দা থোকখিব থবক অমগী মাঙথাখিব থঙনব থোৱোনগী মতমবু ওইরম্লব মাঙদম্ কৌই।

ওইরম্লব মাঙদমদা থোৱুদা 'রম্লে' পংখৈ হাপ্নী—

উই+রম্লে—উইরম্লে, থক্+রম্লে—থক্লম্লে
শম+রম্লে—শম্লম্লে, থন্+রম্লে—থল্লম্লে

নত্ত থঙনবদা ( Negation দা )—থোৱুদা 'রমদ্রে' পংখৈ হাপ্নী—

চৎ+রমদ্রে—চৎলম্দ্রে, খৈ+রম্দ্রে—খৈরম্দ্রে
পন্+রম্দ্রে—পল্লম্দ্রে, মক্+রমদ্রে—মক্লম্দ্রে

হংবদা (Interogation দা) থোৱুদা 'রম্লব্রা' পংখৈ হাপ্নী—

থি+রম্লব্রা—থিরম্লব্রা, থন্+রম্লব্রা—থল্লম্লব্রা
তাক্+রম্লব্রা—তাক্লম্লব্রা, চিং+রম্লব্রা—চিংলম্লব্রা

নত্ত বাহংদা ( Negative Interogation দা )—থোৱুদা 'রমদ্রব্রা' পংখৈ হাপ্নী—

ই+রম্দ্রব্রা—ইরম্দ্রব্রা তম্+রম্দ্রব্রা—তম্লম্দ্রব্রা,
কক্+রম্দ্রব্রা—কক্লম্দ্রব্রা, নিন্+রম্দ্রব্রা—নিল্লম্দ্রব্রা

রেংশিনগদব—পংখৈ হাপ্পগী হৌনবী ( ময়েক ওনব, মাঙ্বনচিংবা ) মথক্কীগা মাইন্নে।

থোৱুদা থোৱোন পংখৈ 'থিরম্লে' হাপ্ত্না শীজিন্নব ওইরম্লব মাঙদম ( Past Perfect ) গী মরোং অমস্থ লৈরি—

কাঙ্গ + খিরম্লে—কাঙ্গখিরম্লে, চন্ + খিরম্লে—চনখিরম্লে
তং + খিরম্লে—তংখিরম্লে, তম্ + খিরম্লে—তমখিরম্লে

য়েংশিনগদব—'খিরম্লে' থোরোন পংথৈ ফষ্ঠ পর্সনগী ( উত্তম পুরুষগী ) থোরোন্দা শীজিন্নদে। মাদুদি—ঐ চংখিরম্লে, ঐখোয় চংখিরম্লে অসিনচিংবা হাঙ্গনদে; নহাক চংখিরম্লে, মহাক চংখিরম্লে হাঙ্গনৈ।

## থাহং

১। মাওদম্ কদায়দা লৌরি? মাসিগী চাউরাকপ মথল কয়ানো? মথল থুদিংমক্তা রা অমমম হাঙ্গদুনা থুদম পীয়ু।
২। ওইবখিব মাওদমগী ওইবয়াল পোগান তোঙানবা মরোং হাঙ্গয়ু।
৩। মথাদ ইরিব বাশিংসিদা শীজিন্নখিবা থোবোনগী মতম হাঙ্গয়ু—
মাইবনা থুংলুবদা অনাবদু শিরম্লে। ঐনা য়েবদা মহাক চাক চারাম্লে। মাইমনা মুল দেজ্রিজৈদা অঙাং পুন্নমক চংখিরম্লে। মপানা হাঙ্গবা থাহু মখোয়না থাজরম্মী। মহাক্না মচাশিংবু মহাক্না থংজবমথৈ ভাকপিখি।

---

# তুংদম

## ( ভবিষ্যৎ কাল Future Tense )

তুংদা থোকদব থবক খডনব থোরোনগী মতমবু তুংদম ( ভবিষ্যৎ কাল Future Tense ) কৌই।

তুংদম মখল অহুম্মী—

(ক) অচম্ব তুংদম ( সাধারণ ভবিষ্যৎ Simple Future )।

(খ) ওইরমগদব তুংদম ( ঘটমান ভবিষ্যৎ Future Continuous )।

(গ) ওইরম্লগদব তুংদম ( পুরাঘটিত ভবিষ্যৎ Future Perfect )।

১। ঐ লাক্কনি, মহাক চাগনি, অসিদা 'লাক্কনি' অমস্তুং 'চাগনি' থোরোল্লিং অসিনা 'লাকপ' অমস্তুং 'চাব' গী থবক চুম্ম তুংদা থোক্কনি হাঙ্গবত খঙহল্লী।

অচম্ব তুংদম ( সাধারণ ভবিষ্যৎ Simple Future )—চুম্ম তুংদা থবক অমা থোক্কনি হাঙ্গবত খঙহনব থোরোনগী মতমবু অচম্ব তুংদম কৌই।

অচম্ব তুংদমদা থোরু মমৈদা 'গনি' পংথৈ হাপ্পী। কাঙ্লুপকী অহানব ময়েক্ক লোম্ব থোরুদা লাক্পা 'গনি' গী 'গ' দু 'ক' ওই।

ই+গনি—ইগনি, চা+গনি—চাগনি

কৎ+গনি—কৎকনি, তং+গনি—তংগনি।

২। 'চাউবা লাইরিক পাম্নগনি', 'তম্বা ফি লোল্লমগনি', রা অনি অসিদা 'পাম্নগনি' অমস্তুং 'লোল্লম্গনি' থোরোল্লিংসিনা মথংশিৎনা 'পাব' অমস্তুং 'লোনবগী' থবক তৌহুনা লৈরমগনি খঙহল্লী।

**ওইরমগদব তুংদম** ( ঘটমান ভবিষ্যৎ **Future Continuous** )—তুংদা থবক অমা ওইদুনা, তৌদুনা লৈরমগনি খঙনব থোরোনগী মতমবু **ওইরমগদব তুংদম** কৌই।

ওইরমগদব তুংদমদা থোরুগী মথাদা 'রমগনি' পংথৈ হাপ্পী। তাংজ ময়েক্কী মথাদা লাকপ 'রমগনি' গী 'র' দু 'ল' ওই; থোরুগী মমৈদ লৈব 'ন্' দু 'ল্' ওই—

উ+রম্‌গনি—উরমগনি, মং+রম্‌গনি—মংলম্‌গনি
কি+রম্‌গনি—কিরম্‌গনি, তন্+রম্‌গনি—তল্লম্‌গনি।

৩। 'কৈথেল থম্লম্লগনি', 'রাম স্কুল কারম্লগনি' বা অনিসিদা 'থম্লম্লগনি' অমসুং 'কারম্লগনি' থোরোন অনি অসিনা মথং শিংনা 'খম্ব' অমসুং 'কাব' গী থবক 'ওইরদুনা' 'তৌরদুনা' লৈরম্লগনি খঙহল্লি।

**ওইরম্লগদব তুংদম** ( পুরাঘটিত ভবিষ্যৎ **Future Perfect** )—তুংদা থবক অমা ওইরদুনা নত্রগা তৌরদুনা লৈরম্লগনি খঙনব থোরোনগী মতম্বু **ওইরম্লগদব তুংদম্** কৌই।

ওইরম্লগদব তুংদমদা 'রম্লগনি' পংথৈ হাপ্পী।

পৈ+রম্লগনি—পৈরম্লগনি, থন্+রম্লগনি—থল্লম্লগনি
থক্+রম্লগনি—থক্লম্লগনি, পং+রম্লগনি—পংলম্লগনি।

থোরুগী মথাদা 'খিরম্লগনি' তপ্লগা শীজিন্নবা 'ওইরম্লগদব তুংদম' গী মরোং অমসু লৈ। মাদুদি :—প্াইখিরম্লগনি, চেনখিরম্লগনি অসিনচিংবা।

হংবদা ( Interogation দা ) অচম্ব তুংদম দা থোরুদা 'গদ্রা' পংথৈ হাপ্পী।

ই+গদ্রা—ইগদ্রা, চা+গদ্রা—চাগদ্রা, কৎ+গদ্রা—কৎকদ্রা।

ওইরমগদব তুংদমদা থোরুদা 'রমগদ্রা' পংথৈ হাপ্পী।

উ+রম্গদ্রা—উরম্গদ্রা, মৎ+রম্গদ্রা—মৎলমগদ্রা,

থন্+রমগদ্রা—থল্লম্গদ্রা।

ওইরম্লগদব তুংদমদা থোরুদা 'রম্লগদ্রা' পংথৈ হাপ্পী।—

পৈ+রম্লগদ্রা—পৈরম্লগদ্রা, তৎ+রম্লগদ্রা—তৎলম্লগদ্রা

থন্+রম্লগদ্রা—থল্লম্লগদ্রা।

নত্ত থঙনবদা ( Negation দা ) অচম্ব তুংদমদা থোরুদা 'রোই' পংথৈ হাপ্পী।—

চা+রোই—চারোই, য়েং+রোই—য়েংলোই।

ওইরমগদবা তুংদমদা থোকদা 'রম্রোই' পংথৈ হাপ্পী।—

পী+রম্রোই—পীরম্রোই, কক্+রম্রোই—কক্লম্রোই।

ওইরম্লগদবা তুংদমদা থোরুদা 'রম্লরোই' পংথৈ হাপ্পী।—

কং+রম্লরোই—কংলম্লরোই, থৈ+রম্লরোই—থৈরম্লরোই।

নত্ত বাহংদা ( Negative Interogation দা ) অচম্বা তুংদম দা থোরুদা 'রোইদ্রা' পংথৈ হাপ্পী।—

চা+রোইদ্রা—চারোইদ্রা, য়েং+রোইদ্রা—য়েংলোইদ্রা।

ওইরমগদবা তুংদমদা থোরুদা 'রম্রোইদ্রা' পংথৈ হাপ্পী।—

চা+রম্রোইদ্রা—চারম্রোইদ্রা, য়েং+রম্রোইদ্রা—য়েংলম্রোইদ্রা।

ওইরমলগদবা তুংদমদা থোৰুদা 'রম্লরোইদ্রা' পংখৈ হাপ্পী।—
চা+রম্লরোইদ্রা—চাবমরোইদ্রা, য়েং+রম্লরোইদ্রা—য়েংলম্ল-
রোইদ্রা।

য়েংশিনগদবা—থোরোন পংখৈ হাপ্পগা ময়েক ওনবগী হৌনবী মমাঙদা ইখ্রিবসিংগা মান্নে।

**ৱাহং**

১। তুংদম মথল কযা শুবগে? মথল অমমমগী খুদম ওইনা রা অমমম্ শেম্মু।

২। নত্ত রাওংগী থোরোন পংখৈ পুম্নমক হাঙ্গয়ু।

---

# য়াথং ৱা

## ( অনুজ্ঞা Imperative Mood )

'নং চৎলো' অসিদা 'চৎলো' থোৰোন্না য়াথং পীবা খণ্ডহল্লী।

য়াথং ৱা ( অনুজ্ঞা Imperative Mood )—য়াথং পীবা খণ্ডনব থোরোনগী মরোংবু য়াথং ৱা কৌই।

১। থৌদাবা, হাঙ্গজবা, পাউতাক পীব, নিজবা ( প্রার্থনা ) অমসুং বর পীবনচিংবা খণ্ডহনবা থোরোন্দা য়াথং ৱা শীজিন্নৈ।

খুদম :—

থৌদাবা—মফম অসিদা লৈয়ু।

হাঙ্গজবা—হয়েং স্কুল কারকপদা ঐগী লাইরিক পুবিরকউ।

বর পীবা— মহাক মুংঙাইনা পাঙ্গনু।

পাউত্তাক পীবা— লাইগুরুনা হাঙ্গবা ইন্নু।

নিজবা— হে ঈশ্বর! নহাক্ন ঐবু কনবিয়ু।

২। থোবুগী ( Nominative গী ) মতুংইনবা অতূপ্পা থো-য়োনগী ( Finite Verb কী ) চঙনফম্নু 'হকৃ' (Person) কৌই। হাঙ্গবদি থোবুগী মরোঙ্ মতুংইন্না অতূপ্পা থোয়োনগী মরোঙ্ হোংঈ।

হকৃ মথল অহুমনী— ঈহকৃ, নহকৃ অমসুং মাহকৃ।

(ক) ঐ, ঐখোয়— ঈহকৃ ( First Person ) কৌই।

(খ) নং, নহাক, নখোয়— নহকৃ (Second Person) „

(গ) মা, মহাক, মখোয়, অসি, মসি, অদু, মাদু } —মাহকৃ (Third Person) „

মৈতৈলোন্দা য়াথং রাগী থোয়োন নত্তবা অতোপ্পা থোয়োন্দা হকৃ কী ( Person গী ) খেন্নবা মতুং ইন্না থোয়োন পংথৈ হোংদে। য়াথং রাদদি হকৃ কী খেন্নবা মতুং ইন্না থোয়োন্ পংথৈ হোংঈ।

(ক) ঈহকৃ ( First Person )— গে।

খুদম— ঐ চৎলগে, ঐখোয় তুন্নগে।

(খ) নহকৃ ( Second Person )—উ, ঊ, ও।

খুদম— নং পাউ, নং চৎলূ, নখোয় তাও অসিনচিংবা।

(গ) মাহকৃ ( Third Person )— সনু।

খুদম— মহাক লৈসনু, মখোয় চৎসনু।

৩। য়াথং ৱাদা নোল্লুক্পা হাঙ্গৈজবা মতমদা থোৱক অমম্নুং পংথৈগী মরক্তা 'বি' ৱাতপ চঙভী। মাহুদি :—

তৌ+বি+উ=তৌবিউ, লাক্+বি+উ=লাক্পিউ অসিনচিংবা।

কাংলূপকী অহানবা ময়েক্কী মথাদা লাকপা 'বি' হু 'পি' ওই। থোৱোনগী মমৈদা লৈবা পংথৈগী 'উ' গী মক্কমদা 'য়ু' সু শীজিমৈ।

মাহুদি :— চৎপিয়ু, লাকপিয়ু অসিনচিংবা।

য়েংশিনগদবা :— য়াথং ৱা তত্ত চত্তমগী (Present Indefinite কী) মৱোংদত্তা শীজিমৈ; অদুম্নদি ওইরগা মাহুনা হুজিক হুজিক থোক্কদবা থবক্ত নত্তনা তুংদা থোক্কদবা থবকসু খঙ্‌হল্লী।

খুদম :— 'পরীক্ষা থাৱয়গা য়ুয়োমদা থুনা থোবকউ' 'ঐনা শিৱগা ঐগী লৈজবা পূম্নমক ইচা অতোম্বদা পীবিয়ু'। মাসিদা 'থোৱকউ' 'পীবিয়ু' থোৱোন্সিং অসি তুংগী থবক খঙ্‌হল্লি।

৪। নত্ত-খঙ্‌নবা য়াথং ৱাগী থোৱোন পংথৈ— নত্ত খঙনবা য়াথং ৱাদা নহক্ কী (Second Person) থোৱকদা 'গম্নু' পংথৈ হাপ্লী। কাংলূপকী অহানবা ময়েক্কী মথাদা লাকপা 'গম্নু' গী 'গ' হু 'ক' ওই।—

তৌ+গম্নু=তৌগম্নু, পন্+গম্নু=পন্‌গম্নু,

তপ্+গম্নু=তপকম্নু, থৎ+গম্নু=থৎকম্নু।

মাহক্ কী (Third Person গী) থোৱকদা 'দসম্নু' পংথৈ হাপ্লী। মাহুদি :—

চা+দসন্নু=চাদসন্নু, লৌ+দসন্নু=লৌদসন্নু।

## বাহং

১। য়াথং বা কদায়ব্নু কৌই? য়াথং বাগী থোরোন পংথৈ পুন্নমক হাঙ্গিয়ু।

২। য়াথং বা কয়ম মতমদা (Tense) দা শীজিন্নৈ। খুদম উত্তুনা তাকউ।

৩। নত্ত খঙনবা য়াথং বাগী থোরোন পংথৈ করি করিনো হাঙ্গিয়ু।

---

# থোরোন পংথৈ

## (ক্রিয়া বিভক্তি Verbal Endings)

১। অতূপ্পা থোরোন পংথৈগী (সমাপিকা ক্রিয়া বিভক্তি Finite Verbal Endings গী) মশক—

চত্তম্— { (১) তত্ত চত্তম্— ঈ; (২) ওইরিব চত্তম্— রি; (৩) ওইরব চত্তম্— রে, (খ্রে) }

মাঙ্দম্— { (১) ওইরম্ব মাঙ্দম্—রম্মী, (খি); (২) ওইরম্লিব মাঙ্দম্— রম্লি, (রম্মি, রম্মী); (৩) ওইরম্লব মাঙ্দম্— রম্লে }

তুংদম্— { (১) অচম্ব তুংদম্— গনি; (২) ওইরম্গদব তুংদম্— রম্গনি; (৩) ওইরম্লগদব তুংদম্— রম্লগনি }

২। তুপ্তবা থোয়োন পংথৈগী ( অসমাপিকা ক্রিয়া বিভক্তি Infinite Verbal Endings গী ) মশক—

ভুনা, দনা, রগা, রবদি অসিনচিংবা।

# থোরু মশক উৎপা

## ( ধাতুরূপ Conjugation )

### চত্তম্ ( Present Tense )

| থোরু | তত্ত চত্তম্ | ওইরিব চত্তম্ | ওইরব চত্তম্ |
|---|---|---|---|
| চা | চাঈ | চারি | চারে ( চাখ্রে ) |
| কক্ | ককঈ | কক্লি | কক্লে (ককখ্রে) |
| তং | তংলী | তংলি | তংলে (তংখ্রে) |
| পন্ | পল্লী | পল্লি | পল্লে (পনখ্রে) |

### মাঙদম্ ( Past Tense )

| থোরু | ওইরম্ব মাঙদম্ | ওইরম্লিব মাঙদম্ | ওইরম্লব মাঙদম্ |
|---|---|---|---|
| চা | চারম্মী (চাখি) | চারম্লি (চারম্মি, চারম্মী) | চারম্লে |
| কক্ | কক্লম্মী (ককখি) | কক্লম্লি (কক্লম্মি, কক্লম্মী) | কক্লম্লে |
| তং | তংলম্মী (তংখি) | তংলম্লি (তংলম্মি, তংলম্মী) | তংলম্লে |
| পন্ | পল্লম্মী (পন্খি) | পল্লম্লি (পল্লম্মি, পল্লম্মী) | পল্লম্লে |

### তুংদম্ ( Future Tense )

| থোরু | অচম্ব তুংদম্ | ওইরম্গদব তুংদম্ | ওইরম্লগদব তুংদম্ |
|---|---|---|---|
| চা | চাগনি | চারম্গনি | চারম্লগনি |
| কক্ | কক্কনি | কক্লম্গনি | কক্লম্লগনি |

| | | | |
|---|---|---|---|
| থৌরু | অচম্ব তুংদম্ | ওইরমগদব তুংদম্ | ওইরম্নগদব তুংদম্ |
| তৎ | তংকনি | তৎলম্গনি | তৎলম্নগনি |
| পন্ | পন্গনি | পল্লম্গনি | পল্লম্নগনি |

থৌরুদা থৌরোন পংখৈ হাপ্লুনা অস্নুন্না থৌরু পূন্নমক্কী শক উৎপা য়াই।

## শকলেপ্ ( অব্যয় Indeclinables )

কবিগুম্বা শক্তম্, শীংলোন অমস্নুং পংখৈ অমতদস্নু শক্ ওন্দনা শীজিন্নবা য়াহৈশিংবু শক্লেপ্ ( অব্যয় Indeclinables ) কৌই। মাহুদি— অমস্নুং, নত্রগা, গা অসিনচিংবা।

শক্লেপ মখল য়াম্মী ; মরু ওইব খরদং মখাদা ইরিবসিনী—

১। অতোপ অতোপ্পা য়াহৈ নত্রগা য়াশিংবু তাইশিন্নবা শকলেপ্পু তাইন শকলেপ (সংযোজক Conjunction) কৌই। মাহুদি—গা, অমস্নুং, অমুক্, অতুনা, অসিনা, অহুমওইনমক অসিনচিংবা।

২। অতোপ অতোপ্পা য়াহৈ নত্রগা য়াশিংবু খাইদোকপা শকলেপ্পু খাইন শকলেপ (বিয়োজক অব্যয় Disjunctives) কৌই। মাহুদি— নত্তনা, নত্রগা, নত্রবদি অসিনচিংবা।

৩। হাঙ্গৈরিবা য়াগী য়াফমদা চিংনবা খঙহনবা শকলেপশিংবু চিংন শকলেপ ( সঙ্কোচক অব্যয় Admination ) কৌই। মাহুদি—তৌইগুম্বস্নুং, অহুবু, অতুগা, অহুমওইনমক অসিনচিংবা।

৪। য়াব, শুংঙাইবা, ওকপা, কিবা ইকাইবনচিংবা ফোং-

দোকপা শকলেপশু অকি-অথং শকলেপ ( Interjection ) কৌই। মাহুদি—ইঃ, এঃ, অচাচা, বেশ, হায়হায়, ওম্বোকপনি, অসিনচিংবা।

৫। মথল অতৈ খরগী শকলেপশু মখাদা খুদম ওইনা ইরিবসিনী—

হে অঙাংশা! তনগনু—কৌবা খণ্ডনবা
অমুক হন্নদি লাক্লরোই—রাহৈ লৈবেং „
অচাচাঃ; মোৎখ্রেদা মফমসে—তুক্কচবা „
উপানসিংদু বম্ বম্ তুবি—মখেন „
পুন্না লৈযু— মফম „
সমুদ্রগী মতৌগুম্ চাংজোনাইদবা— চাংদম্ খণ্ডহনবা
অহিংচুপ্পা তুমখিদ্রে — মতম „
শিবফাওবা কৌনখিদ্রে— „ „
য়ুম থুদিং চণ্ডলুবে — চাং „
অফংবমথৈ পুরকে — „ „

মথক্কী রাশিংসিদ মযেক অচৌবনা হরিবা রাহৈশিংসি শক্লেপনী।

## বাহং

১। শকলেপ হৰাইবু কৌই? মরছৈব শকলেপ মবিগী খুদম পীযু।

২। মথাগী রাশিংদা যাওবিবা শব্দপশিং অহু তাকউ অমসুং করম্বনা কবম্বা শকলেপ্নো হায়ে।

ঐ নংগা চংমিন্নগনি। ৫০ মবম ওকচি, অহুগা লিকপদি

মপা লৈতে। ঈশ্বরগী থৌজান নত্তনা ঐগী পাঙ্গল লৈতে। এঃ য়াম্না চানবিরেদা!

## ৱাৱোঙ

### ( বাচ্য Voice )

ৱা অমদা থৌৱোম্না মপূং ওইনা ফোংদোক্লিবা অদু থৌবুগী মরমদরা নত্রগা থৌগী মরমদরা খঙহল্লিবা মৱোং অদুবু ৱাৱোঙ ( বাচ্য Voice ) কৌই।

ৱাৱোঙ মখল অনিনী—থৌবু ৱাৱোঙ অমসুং থৌ ৱাৱোঙ।

১। 'খম্ব কৈ ফাখি', ৱা অসিদা 'ফাখি' থৌৱোম্না থৌবু 'খম্ব' গী মরমদা মপূং ওইনা ফোংদোক্লি।

থৌবু ৱাৱোঙ্ ( কর্ত্তৃ বাচ্য Active Voice )—থৌবুগী মরমদা মপূং ওইনা ফোংদোকপা ৱাগী মৱোঙবু থৌবু ৱাৱোঙ্ কৌই। থৌবু ৱাৱোঙদা থৌবুদা অহানবা পংথৈ অমসুং থৌদা অনিশুবা পংথৈ হাপ্পী।

ঐ লৈ হেক্লি, মহাক চাক চারে, চাউবী ফি শারম্মী অসিন-চিংবা ৱাশিং অসি থৌবু ৱাৱোঙনী।

করি করিগুম্বদা থৌবু ৱাৱোঙদা থৌ পন্দবম্ব লৈ। মাতুদি :—নং চারে, মহাক থক্লে, রমনী শকখ্রে অসিনচিংবা ৱাসিদা চাগদবা, থক্কদবা, ঈশৈ হাঙবা থৌশিং অসি মসুংদা খঙনরিবনী।

২। 'কৈ খম্বনা ফাখিবনী' হা অসিদা 'ফাখিবনী' থোৱোম্না থৌ 'কৈ' গী হায়ম মপূং ওইনা ফোংদোক্লি।

* থৌ হাৱোঙ. ( কর্ম বাচ্য Passive Voice )—থৌগী মরমদা মপূং ওইনা ফোংদোকপা হাগী মৱোঙবু থৌ হাৱোঙ. কৌই। থৌ হারোঙ.দা থৌবুদা ওগুবা পংখৈ অমসুং থৌদা ১বা পংখৈ হাপ্পী।

## হাৱোঙ ওনবা ( বাচ্য পরিবর্ত্তন Change of Voice )

থৌবু হারোঙবু থৌ হাৱোঙদা অমসুং থৌ হারোঙবু থৌবু হারোঙদা ওনববু হাৱোঙ ওনবা ( বাচ্য পরিবর্ত্তন Change of Voice ) কৌই।

মখাদা হারোঙ ওনবগী খুদম খর উৎলি—

১। থৌবু হারোঙ— তোম্বা উ য়াল্লি।
থৌ হারোঙ— উ তোম্বনা য়াল্লিবনী।

২। থৌ হারোঙ— চাক গোলাপনা চাখ্রবনী।
থৌবু হারোঙ— গোলাপ চাক চাখ্রে।

য়েংশিনগদবা—(ক) থৌরৈত হারোঙগী হা থৌ হারোঙদা ওনবা য়াদে। (খ) থৌবু হারোঙগী থৌরোন্দা 'বনী' হাতপ্ পংখৈ হাপ্লগা থৌ হারোঙগী থৌরোন ওই। (গ) হারোঙ ওনবদা ওনগদব হাগী মতম ( Tense ) ওন্নব হাদসু লৈগদবনী।

* বাঙালা লোন্নচিংবা লোন অতৈদা থৌ হারোঙ য়াম্না বাৎন শীজিন্নবগুম্না মৈতৈ লোন্দসু মাসি শীজিন্নবা মফম য়াম্না তাঙভী।

### ৱাহং

১। থৌবু ৱাৱোঙ অমস্তুং থৌ ৱাৱোঙ কদাম্বু কৌই ?
ৱা অমমম খুদম পীক্ননা তাকউ।

২। ৱাৱোঙ ওনবা হাঙ্গৈবসি করিনো ? খুদম পীয়।

৩। মথাদা ইরিবা ৱাশিংসি ৱাৱোঙ ওল্লু—
মহারাজ চন্দ্রকীর্তি সিংহ বৃটিশবু মতেং পাংথি। পারাসি ওজানা নিংথিনা তাকপিরবনী। ঐ ঙসি হুমিদাং চাক চারনী।

---

# ৱারোন মরী তাক্‌পা

## ( পদান্বয় Parsing )

ৱা অমদা লৈব ৱারোল্শিংগী মস্তুংদা অমগা অমগা লৈনবা মরী উৎপবু ৱারোন মরী তাকপা ( পদান্বয় Parsing ) কৌই।

ৱারোন অমগী মরী তাকপদা করি করি হাঙ্গৈগদগে হাঙ্গৈবহ মথাদা উৎলি—

**মিংথৈ**—করম্ব মিংথৈনো, করম্ব শরুম্, শীংলোন ৱাহৈ পংথৈ, থৌবাঙ্, অমস্তুং করম্ব থৌরোনগা মরী লৈনবা।

**মিংলোন্**—করম্ব মিংলোম্নো অমস্তুং কনাগী মিংলোম্নো।

**মিংহুৎ**—করম্বা ৱাহৈগী মহুত্তা শীজিন্নরিবনো, করম্বা শীংলোম্নো তাকদবনী; মিংহুৎ মিংথৈ ( মিংথৈগুম্না শীজিন্নবা মিংহুৎ ) ওইরবদি মিংথৈগী হাঙ্গৈগদবা পুম্নমক হাঙ্গৈগদবনী; মিংহুৎ

মিংলোন ( মিংলোনগুম্না শীজিন্নবা মিংছুৎ ) ওইরগা মিংলোনগী হাঙ্গৈগদব পুম্নমক হাঙ্গৈগদবনী।

থৌরোন—করম্বা ৱারোঙগী থৌরোম্নো অতূপ্পরা, তূপ্তবরা, থৌরৈরা, থৌরৈতরা, মতম অমস্থং থৌবু তাক্কদহনী; থৌরৈ ওইরগা থৌ উৎকদবনী; থৌ অনিথোনব ওইরগা থৌবুং অমস্থং থৌশা উৎকদবনী। তূপ্তবা থৌরোনগীদি মতম অমস্থং শীংলোন হাঙ্গৈরোইদবনী।

শকলেপ—করম্ব মখলগী শকলেপনো, করম্বা ৱারোনগা মরী থোক্কবা তাক্কদবনী।

খুদম—

১। 'জওহরলাল জেল মনুংদা অফফবা লাইরিক ইখি।' জওহরলাল—মিংলেন মিংথৈ, নিপাশক্তম, থৌবু থৌব ঙ, ১বা পংথৈ, শীংকোক। 'ইখি' থৌরোনগী থৌবুনী।

জেল মনুংদা—জাৎ মিংথৈ, শক্লাইদব শক্তম, থোফম থৌবাঙ্, ৭শুবা পংথৈ, শীংকোক। 'ইখি' থোরোনগী থোরোন-মিংলোন্নী।

অফফবা—গুণ মিংলোন, 'লাইরিক' মিংথৈগী মিংলোন্নী।

লাইরিক—জাৎ মিংথৈ, শক্লাইদব শক্তম্, থৌ থৌবাঙ্ ২শুবা পংথৈ, শীংয়াম। 'ইখি' থোরোনগী থৌনী।

ইখি—অতূপ্প থৌরোন, ওইরম্ব মাঙদম্, থৌবু ৱারোঙ, থৌবু 'জওহরলাল', থৌ 'লাইরিক'।

২। ভীষ্মদেব শিরমদাইদা পাণ্ডবশিংবু রাজনীতি তম্বিরম্মী।

ভীষ্মদেব—মিংলেন মিংথৈ, নিপা শক্তম, থোবু থোবাঙ্, ১বা পংথৈগী শীংকোক। 'তাকপিরম্মী' থোরোনগী থোবুনী।

শিরমদাইদা—থোরোন মিংলোন, 'তাকপিরম্মী' থোরোনগী মিংলোন্নী।

পাণ্ডবশিংবু—জাৎ মিংথৈ, নিপাশক্তম্, থোশা থোবাঙ, ২শুবা পংথৈগী শীংয়াম, 'তাকপিরম্মী' থোরোনগী থোনী।

রাজনীতি—গুণ মিংথৈ, শক্লাইদব শক্তম, থোবূং থোবাঙ্, ২শুবা পংথৈগী শীংকোক শীংলোন, 'তাকপিরম্মী' থো অনিথোনবা থোরোনগী থোবূংনী।

তাকপিরম্মী—অতূপ্প থোরোন, থো অনিথোনবা থোরোন, ওইরশ্ব মাঙদম্, থোবু রারোঙ, থোবু—ভীষ্মদেব, থো—'পাণ্ডব-শিংবু' অমসুং 'রাজনীতি'।

৩। উ অসি তোম্বনা য়ানবনী।

উ—জাৎ মিংথৈ, শক্লাইদব শক্তম, থো থোবাঙ, ১বা পংথৈগী শীংকোক শীংলোন, 'য়ানবনী' থো রারোঙ থোরোনগী থোনী।

অসি—মিংছুৎ মিংলোন, 'উ' মিংথৈগী ফিভম্ থংহল্লি।

তোম্বনা—মিংলেন মিংথৈ, নিপাশক্তম্, থোবু থোবাঙ্, ৩শুবা পংথৈগী শীংকোক্ শীংলোন, 'য়ানবনী' থোরোনগী থোবুনী।

য়ানবনী—অতূপ্প থোরোন, ওইব চক্তম, থো রারোঙগী থোরোন্নী।

# থৌবু শরুক অমস্তুং থৌরোন শরুক

## ( উদ্দেশ্য অমস্তুং বিধেয় Subject and Predicate )

'লৈ শাৎলে'। 'এরোপ্লেন পাইখি'। 'তোম্বী ফো শুরি'। রা খুদিংমক অসি শরুক অনি অনি থোক্ক খাঙ্গৈরিবনী। শরুক অমদা ঐখোয়না কনাগুম্বা মী অমগী নত্রগা করিগুম্বা পোৎকী মিং হাঙ্গৈরি; অতোপ্পা শরুক অমদনা হাঙ্গৈরিবা মী নত্রগা পোৎ অতুগী মরমদা হাঙ্গৈরি।

**থৌবু শরুক ( উদ্দেশ্য Subject )**—রা অমদা হাঙ্গৈরিবা করিগুম্বা মী, পোৎ নত্রগা থবক অতুবু **থৌবু শরুক** কৌই। মথক্কী রাশিংসিদা লৈ, এরোপ্লেন, তোম্বী থৌবু শরুকনী।

**থৌরোন শরুক ( বিধেয় Predicate )**—থৌবু শরুকী মরমদা হাঙ্গৈরিবা অতুবু **থৌরোন শরুক** কৌই। মথক্কী রাশিং অতুদা 'শাৎলে' 'পাইখি' 'ফো শুরি' হাঙ্গৈবা রারোন্সিং অসি মথং শিৎনা 'লৈ', 'এরোপ্লেন', 'তোম্বী' হাঙ্গৈবা থৌবু শরুকশিং অসিগী থৌরোন শরুকনী।

করি করিগুম্বদা থৌবু শরুক পন্দবস্থ লৈ। মাতুদি— ইরুজরুরো। মাসিদা 'নং' নত্রগা 'নখোয়' থৌবু শরুক অসি পন্দবনী।

মিংলোম্নচিংবা হাপ্তুনা থৌবু শরুক অমস্তুং থৌরোন শরুক চাউথোকহনবা য়াই। মাতুদি :—য়েক্লবগী এরোপ্লেন তরেৎ ওসি অয়ুক য়ামরাংনা পাইখি। মাসিদা 'য়েক্লবগী' অমস্তুং 'তরেৎ'

হাঙবা য়ারোল্সিং অসিনা থোবু শরুকপু ( এরোল্সেনবু ) চাউথোকহল্লি ; অমসুং 'ওসি অয়ুক' অমসুং 'য়াম্না য়াংনা' হাঙবা য়ারোল্সিং অসিনা 'পাইখি' থোয়োনবু চাউথোকহল্লি।

**চাউথোকহনবা (প্রসারক Adjuncts)**—থোবুশরুক অমসুং থোরোন শরুকপু চাউথোকহনবা য়ারোল্সিংবু থোবুশরুক চাউথোকহনবা অমসুং থোরোন শরুক চাউথোকহনবা কৌই।

**য়াহং**

১। থোবু শরুক অমসুং থোরোন শরুক হাঙবসি করিনো? অমসুং মথোয়গী 'চাউথোকহনবা' হাঙবহনা করিনো? খুদম পীদুনা তাকউ।

২। মখাদা ইরিবা য়াশিং অদুগী থোবু শরুক অমসুং থোরোন শরুক তাকউ।—

হয়ানবা পাপনী। মৈতৈগী ফজমুংঙাইবা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহগী মা হাক্তক্তা মপুংফাখি। নিংথৌরেন আকবর হিন্দু অমসুং মুসলমানবু চপমান্ননা মুংশিখি। ফত্তব অঙাংবু কনানসু মুংশিদে।

---

# অরায়বা য়াগী মচাখাঙবা

## ( Analysis of Simple Sentences )

উচেক খোংলি। অঙাংশিং কাঙজৈ শান্নরি। মলয়াগী মুংশিং লিরি লিরি শিংলি।

ৱাশিং অসিগী ৱা খুদিংমক্তা থোৱু শরুক অমসুং থোরোন শরুক অমমমতা লৈ।

অরায়বা ৱা ( সরল বাক্য Simple Sentences )—থোৱু শরুক অমসুং থোরোন শরুক অমমমতা লৈবা ৱাবু অরায়বা ৱা কৌই। অদুগী মথুংদা থোৱু শরুক অমসুং থোরোন শরুক অমমম অদুগী চাউথোকহনবা ৱারোনদি লৈবা য়াই।

**ৱা মচাথাঙ্গৈবা ( বাক্য বিশ্লেষণ Analysis of Sentences )**—ৱা অমগী থোৱু শরুক অমসুং থোরোন শরুক তোঙান তোঙান্না উৎপা অমসুং মখোয়গী চাউথোকহনবশিং অদুসু থাইদোক্নুনা অমগা অমগা লৈনবা মরী তাকপবু ৱা মচাথাঙ্গৈবা কৌই।

হুঞ্জিক মথাদা ইরিবা ৱাশিং অসি মচা থাঙ্গৈসি—

১। উচেক খোংলি।

থোৱু শরুক—উচেক।

থোরোন শরুক—খোংলি।

২। অঙাংশিং কাঙজৈ শান্নরি।

থোৱু শরুক—অঙাংশিং।

থোরোন শরুক—শান্নরি।

থোরোন শরুক চাউথোকহনবা—কাঙজৈ।

৩। মলয়াগী নুংশিৎ লিরি লিরি শিৎলি।

থোৱু শরুক—নুংশিৎ।

থোৱু শরুক চাউথোকহনবা—মলয়াগী।

থোৱোন শরুক—শিংলি।

থোৱোন শরুক চাউথোকহনবা—লিরি লিরি।

মতম অমত্তুদা য়া থর মচা খাঙ্গনবগী মরোং মখাদা ইরিবসিনী।—

১। ফজবা শক অয়ুক্কী লিক্লাগুম্বনী।

২। অঙাং অয়াম্বা লাইরিক্তা পুক্লিং চঙদে।

৩। কবিগুরু বাল্মীকি অমাঙ-অতা লৈতবা রামায়ণ ইরম্মী।

৪। ইনাকখুনবা নিপা অদু মকোত্তা লৈরম্বা ফৌ পুম্নমক লায়রবদা পীথোকখি।

৫। কপ্লনা অঙাংগী পাঙ্গম্মী।

| থোবু শরুক | থোবু শরুক চাউথোক-হনবা | থোৱোন শরুক | থোৱোন শরুক চাউথোকহনবা |
|---|---|---|---|
| শক্ | ফজবা | লিক্লাগুম্বনী | অয়ুক্কী ( মরীরারোন ) |
| অঙাং | অয়াম্বা | পুক্লিং চঙদে | লাইরিক্তা |
| বাল্মীকি | কবিগুরু | ইরম্মী | অমাঙ অতা লৈতবা রামায়ণ (থো) |
| নিপা | ইনাক খুনবা, অদু | পীথোকখি | মকোত্তা লৈরম্বা ফৌপুম্নমক লায়রবদা— ( থোগৎ ) |
| কপ্লনা | | পাঙ্গম্মী | অঙাংগী ( মরীরারোন ) |

## বাহং

১। অয়ায়বা বা কদায়বু কৌবগে? থুদম পীয়্।

২। অয়ায়বা বা মচা-থাইবা হাঙ্গবসি কয়িনো তাকউ।

৩। মথাদা ইয়িবা বাশিং অসি মচা থাইয়্।—

লান্দা এটোম বোম শীজিন্নবা লাক্সী। মমা কৈথেনকাথে। ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগর য়াম্না থৌজানহৈবা মীনী। ভাগ্যচন্দ্র মণিপুরগী রাস লিংখৎলম্মী। অচাংশিংদা অফবা পাউতাক পীবিয়ু।

---

## অনিশুবা শরুক

## ( Class VI )

## Revision of the work done in class V

## ক্লাস V তা তমখ্রবা হিরম অমুক নৈনবা

(১)

অর্থ লৈব খোঞ্জেনবু **লোন** কোই।

লোন ফজনা, চুম্না, ঙাংব, ইব অমসুং পাব ওম্নবগী হৌনবী তাকপা লাইরিকপু **লোল্লীচৎ** কোই।

ময়েক হাঙ্গিবসি চীন্ন ঙাংথোকপা খোঞ্জেন অমসুং পূক্লিংদগী থোক্লকপা রাথলগী মচুৎশিনব **অইব থুদমনা**।

অ, আ নচিংবা মতোম মতোমতগী খোঙ্গোক্লা হায়দোকপা য়াবা ময়েকশিংবু **খোন ময়েক** কোই।

মৈতৈলোন্দা চৎনব খোন ময়েক ১২ নী। মডা অমনা **অতেনবা খোন ময়েক** ( হ্রস্ব স্বর ) কোই। তরেৎ অমনা **অশাংবা খোন ময়েক** ( দীর্ঘ স্বর ) কোই।

খোন ময়েক্কী মপান তাংদনা মতোম মতোমতগী খোঙ্গোক লৈতব ময়েকশিংবু **তাংজ ময়েক** কোই।

ক্ দগী ম্ ফাওবা তাংজ ময়েক ২৫ বু **অশোকপা ময়েক** কোই।

কাওলুপ খুদিংগী অহানবা, অহুমশুব অমসুং মঙাশুব ময়েকপু **অয়াংবা ময়েক** ( Non aspirate ) কোই।

কাঙলুপ থুদিংগী অনিশুবা অমসুং মরিশুবা ময়েকপু অরূম্বা ময়েক ( Aspirate ) কৌই।

য্ র্ ল্ ৱ্ —ময়েক ৪ সিবু 'মরক্তা লৈবা' ময়েক ( Semi vowel অন্তঃস্থ বর্ণ ) কৌই।

শ্ ষ্ স্ হ্ —ময়েক মরিসিবু অশাবা ময়েক কৌই।

(২)

| | |
|---|---|
| অ, আ হ্ | — খোরৌদগী পোকঈ |
| ক্ খ্ গ্ ঘ্ ঙ্ | — লৈখোঙদগী ,, |
| ই ঈ চ্ ছ্ জ্ ঝ্ ঞ্ য্ শ্ | — ঙৌদগী ,, |
| ঋ ৠ ট্ ঠ্ ড্ ঢ্ ণ্ র্ ষ্ | — ঙৌথক্তগী ,, |
| ঌ ত্ থ্ দ্ ধ্ ন্ ল্ স্ | — য়াদগী ,, |
| উ ঊ প্ ফ্ ব্ ভ্ ম্ | — চৌম্বান্দগী ,, |
| এ ঐ | — ঙৌ-খোরৌদগী ,, |
| ও ঔ | — খোরৌ-চৌম্বান্দগী ,, |

ঁ চন্দ্রবিন্দু অমসুং ং অনুস্বার নাতোন্দগী পোকপ ময়েক কৌই। ঙ্ ঞ্ ণ্ ন্ ম্ নাতোন্দগী পোকপ ময়েকসু কৌই। ঃ বিসর্গগী খোম্থোকফমদি মানা তারু তারুব খোন ময়েক্কী খোম্থোক্ফমছুনা ওই।

'ঐ' গী খোম্থোক এ+ই ( এই ) অমসুং 'ঔ' গী খোম্থোক ও+উ ( ওউ ) নী। মরম অসিনা ময়েক অনিসিবু তিন্ন-ময়েক কৌই।

চ কাওলূপকী মথক নত্রগা মথাদা লৈব 'ঞ' গী খোন্থোক 'ন' কার গুম্মী। মাতুদি :—পাঞ্জল = পান্জল অসিনচিংবা।

জ্ গী মথাদা 'ঞ' তপ্লবদি 'গ্যঁ' গী খোন্থোক্ মাম্নে। মাতুদি — জ্+ঞ—বিজ্ঞান ; আজ্ঞা অসিনচিংবা।

শ অমসুং ষ গী খোন্থোক ইংরেজি 'Sh' গুম্বনী। স গী খোন্থোক ইংরেজি 'S' গী খোন্থোকুম্বনী। : বিসর্গগী খোন্থোক্ হসন্ত 'হ' গী খোন্থোকা মাম্নে।

'হ্' দা অতোপ্প তাংজ ময়েক অমা তপ্লরবদি, তপ্লরিবা ময়েক অদুগী খোন্থোক্লা হাপ্লী। মাতুদি :—হ্+ল - 'হ্ল' গী খোন্থোক (ল্+হ) নী। থুদম—প্রহ্লাদ (প্রল্হাদ) ব্রহ্মা (ব্রম্হা) ইস্মান্ (ইম্হান্) অসিনচিংবা।

(৩)

(১) ভীম, অর্জ্জুন, খম্বা, থোইবী, জাপান অসিনচিংবসি মী মফমনচিংব অমমমগী মিংনী। মরম অসিনা মখোয় অসি 'মিংলেন মিংথৈ (Proper Noun) নী।

মী, শা, উচেক, শগোল, পাম্বী অসিনচিংবসি করিগুম্ব জাৎ নত্রগা কাওলূপ অমগী অসূপ্প মিংনী। মরম অসিনা মখোয় অসি জাৎ মিংথৈ (Class Noun) নী।

(৩) শনা, লুপা, ঈশিং, কালি, চিনি অসিনচিংবসি পোৎ অমমম্ খঙনব মিংনী। মরম অসিনা মখোয় অসি পোৎ মিংথৈ (Material Noun) কৌই।

(৪) পঙবা, শিংবা, ৱাবা, থৌনা, থোজান অসিনচিংবসি ‘গুণ’ নত্রগা ‘অবস্থা’ ( ফিভম ) খঙনব ৱারোল্মী। মরম অসিনা মখোয় অসি গুণ মিংথৈ (Abstract Noun গুণবাচক বিশেষ্য ) কৌই।

(৫) কপ্পা, চৈবা, তূম্বা, ঙাঙবা, চেনবা অসিনচিংবসি থবক অমা তৌবগী মিং খঙহল্লী। মরম অসিনা মখোয়সি থোরোন মিংথৈ ( Verbal Noun ক্রিয়াবাচক বিশেষ্য ) কৌই।

(৬) মী কাঙবু, ষণ যঙ্গু, জগোই দল, পোৎয়েং মরূপ, লল্লোনবা কোম্পানী অসিনচিংবসি, মী শানচিংবগী অপূনবা কাঙবু অমগী মিং খঙহল্লী। মরম অসিনা মখোয় অসি পূনব মিংথৈ ( Collective Noun সমষ্টিবাচক বিশেষ্য ) কৌই।

মমাঙদা হাঙ্গখ্রে পোৎ, মীনচিংবগী করিগুম্বা মিং খঙনব ৱারোনবু ‘মিংথৈ’ কৌই। মিংথৈ মখল মঙানী—মিংলেন মিংথৈ, জাৎ মিংথৈ, পোৎ মিংথৈ, গুণ মিংথৈ অমসুং থোরোন মিংথৈ।

মখোয়সি নত্তবা ‘পূনব মিংথৈ’ হাঙ্গবা মিংথৈ মখল অমগী ৱাস্থ হাঙ্গরে।

(৪)

মহৈ হাঙ্গবসি অমাং অত্তা লৈতব লম্মী। মুংশা কল্লা শারে। মহাক যাম্না থোজালহৈবা নিপা অমনী।

অহানবা ৱাদা ‘অমাং-অত্তা লৈতব’ ৱারোন অসি ‘লন’ মিংথৈগী

গুণ নস্ত্রগা ফিভম খণ্ডহল্লী। অনিশুবা য়াদা 'কন্না' য়ারোন 'শারে' থৌরোনগী ফিভম খণ্ডহল্লী। অহুমশুবা য়াদা 'য়ান্না' য়ারোন 'থৌজালহৈবা' মিংলোনগী ফিভম খণ্ডহল্লী। অদুনা অহানবদু মিংথৈ মিংলোন্নী, অনিশুবনা থৌরোন মিংলোন্নী, অহুমশুবদুনা মিংলোনগী মিংলোন্নী।

মরম অসিনা মিংথৈ, মিংলোন নস্ত্রগা থৌরোনগী গুণ নস্ত্রগা ফিভম খণ্ডহনবা য়ারোনবু মিংলোন কৌই। মিংলোন মথল অহুম্নী—মথক্তা হাঙ্গীরে।

অসিগী মনুংদা মিংথৈ মিংলোনগী মথল মরিগী মরোন অহানবা পন্দুপ্তা হাঙ্গীখ্রে।

ঐ, নং, মহাক, অসি, মাসি, অদু, মাদু, কনা, পূম্নমক্চিংবা য়াহৈশিং অসি মিং নস্ত্রগা মিংথৈ পূম্নমক্কী মহুত্তা শীজিন্নে। অদুনা মখোয়সি মিংহুৎনী।

মিং নস্ত্রগা মিংথৈ পূম্নমক্কী মহুত্তা শীজিন্নবা য়ারোনবু মিংহুৎ কৌই।

(৫)

'তূম্মে' হাঙ্গীবসিদা তূম্বগী থবক খণ্ডহল্লী। 'চারি' হাঙ্গীবসিদা চাবগী থবক খণ্ডহল্লী। মরম অসিদা মখোয়সি থৌরোন্নী।

চৎপা, চাবা, লেঙবা, খণ্ডবনচিংবা থবক খণ্ডনবা য়ারোনবু থৌরোন কৌই।

থো লৈব থোরোনবু থৌরে থোরোন অদুগা থো লৈতব থোরোনবু থৌরৈত থোরোন কৌই।

থো অনি লৈব থোরোনবু থো অনি থোনব থোরোন কৌই।

'চংখ্রে', 'পুথি' অসিনচিংব য়ারোনগী থবক লোইরে হাঙব খঙনৈ। মরম অসিনা মথোয় অসি অতুপ্প থোরোন কৌই।

চত্নুনা, পুরগা অসিনচিংব য়ারোনগী থবক লোইদে হায়ব খঙনৈ। মরম অসিনা মথোয়বু তুপ্পবা থোরোন কৌই।

(৬)

পাঈ, পাঈরি, পাঈরে থোরোল্লিং অসি চংলিব মতমগী থবক খঙহল্লী। মরম অসিনা মথোয়সি চত্তমগী থোরোল্লী।

পাইরম্মী, পাইরম্মি, পাইরম্লে, পাইখিরম্লে, পাইখি থোরোল্লিং অসিনা মাঙ্গী মতমগী থবক খঙহল্লী। মরম অসিনা মথোয়সি মাঙদমগী থোরোল্লী।

পাইগনি, পাইরমগনি, পাইরল্লগনি থোবোল্সিং অসিনা তুংগী মতমগী থবক খঙহল্লী। মরম অসিনা মথোয়সি তুংদমগী থোরোল্লী।

চংলিব মতমদা ওইব থবক্কী মতমবু চত্তম কৌই। মাংদ ওইখ্রব থবক্কী মতমবু মাংদম কৌই। তুংদা ওইরক্কদব থবক্কী মতমবু তুংদম কৌই।

চাউরাকপা মতম মথল অহুমনী :— চত্তম, মাংদম অমসুং তুংদম। অহানবা শরুক্তা মতমগী হিরম মচা থাঙনা হাঙ্গিখ্রে।

(৭)

'কলম' হাঙ্গিরগা কলম অমত্তনী খঙনৈ। অহুনা মাসি শীংকোক নী।

'কলমশিং' হাঙ্গিরগা অমদগী হেনবনী খঙনৈ। অহুনা, মাসি 'শীংয়ামনী'।

মী নত্রগা পোৎকী মশীং অমনী নত্রগা অমদগী হেনবনী খঙনবা মরোনবু 'শীংলোন' কৌই।

শীংকোক্তা শিং, ময়ামনচিংবা খুদম হাপ্লগা শীংয়াম ওই।

(৮)

'মী' রাহৈদা অ, না, বুনচিংব খুদম হাপ্লগা মী, মীনা, মীবুনচিংব রারোন ওইহুনা রাহৈগী অর্থ পংথৈ নাই।

'চৎ' হাঙিব থোরোন মরুদা ঈ, রি, রম্মী নচিংব খুদম হাপ্লগা চৎলী, চৎলি, চৎলম্মী নচিংবা ওইহুনা থোরোনগী অর্থ পংথৈ নাই।

রাহৈ নত্রগা থোরোনগী মমৈদা অর্থ পংথৈ নাইনব হাপ্ল খুদমশিং অহুবু 'পংথৈ' কৌই।

পংথৈ মথল অনিনী— রাহৈ পংথৈ অমসুং থোরোন পংথৈ।

(৯)

'মাইব' হাঙ্গৈরগা নিপানী খঙ্‌নৈ, অদুনা মাসি নিপা শক্তমনা। 'মাইবী' হাঙ্গৈরগা নুপীনী খঙনৈ, অদুনা মাসি নুপী শক্তমনা। হৈ, লা, নালী, শীংলৌ—মখোয়শিং অসিগী নিপা নুপী নাইদে, অদুনা মখোয় অসি শক্লাইদবনা। মী, যণ, শগোল—মখোয় অসি নিপা নুপী অনিমক সম্ননা খঙ্‌নৈ; অদুনা মখোয় অসি অসম্প্ন শক্তমনা।

(১০)

## থৌবু থৌবাঙ ( Nominative Case )

নুমিৎ থোক্লে। যদু শগোল থোরি। ভান্থু চেনখ্রে। রাশিং অসিদা 'থোক্লে' 'থোরি' 'চেনখ্রে' থৌরোনশিংসিগী থবক মথংশীংনা 'নুমিৎ' 'যদু' অমসুং 'ভান্থ' না পাওথোকঈ। মরম অসিনা মখোয়সি থৌবুনী।

থোরোনগী থবক পাঙথোকপা অদুবু থৌবু কৌই।

থৌবু রারোঙগী ( Active Voice ) থৌবু খোবাঙদা ১বা রাহৈ পংথৈ ('অ' 'না') হাপ্পী।

১। রাহৈগী মমৈদা হাপ্প 'অ' পংথৈ মাওঈ—মী+অ= মী, উ+অ=উ অসিনচিংবা।

২। কবি করিগুম্বদা থৌবুদা ১বা রাহৈ পংথৈ 'না' হাপ্পী—মীনা হাঙ্গৈ, মনিগ্না ঈশিং ওল্লী অসিনচিংবা। করি করিগুম্বদা মাসি শীজিন্নদে —ঐ চৎকনি। কৈ ভাওরে অসিনচিংবা।

অতুগা অরেপ্পা খণ্ডহনবা মতমদসু মাসি করি করিগুম্বদা শীজিন্নৈ। মাহুদি :—নং অতু চাও, ঐনা মাসি চাগনি। ঐনা চৎকনি হাঙ্গৈরেদনা। অসিনচিংবা।

থৌ ৱাওংগী ( Passive Voice গী ) থৌবু থৌবাঙদা ৩শুবা পংথৈ হাপ্পী। মাহুদি— থবক অসি ঐনা তৌবনী। 'ঐনা' থৌবু থৌবাঙদা ৩শুবা পংথৈ হাপ্পী।

(১১)

## থৌ থৌবাঙ ( Accusative Case )

লক্ষ্মী চা থক্লি। নিমাই ষঙ্গোম স্থুক্লি। কেশ খামেন থারে। ৱাশিং অসিদা থৌবুনা তৌব থবক খণ্ডহল্লিব 'চা' 'ষঙ্গোম' অমস্থং 'খামেন' হায়বা ৱারোল্সিং অসি থৌনী।

থৌবুনা তৌব থবকপু থৌ কৌই। থৌ থৌবাঙদা ২শুবা ৱাহৈ পংথৈ (-বু, দা) হাপ্পী। করিগুম্বদা ৱাহৈ পংথৈশিং অসি মাঙঙী, করিগুম্বদা মাঙদে।

ঐ, ঐহাক, নং, নহাক, মা, মহাক মিংছুৎশিং অসিগী মথাদা অয়াম্ব মতমদা ২শুবা ৱাহৈ পংথৈ শীজিন্নৈ— ঐবু ফুবিরে, মহাকপু লুনা তৌবিয়ু, অসিনচিংবা।

অরেপ্পা খণ্ডহনবা অমস্থং কল্লিন্না হাঙ্গৈরকপা মতমদসু ২শুবা ৱাহৈ পংথৈ শীজিন্নৈ— মাধবপু কৌরু হাঙ্গৈবনি। ঈশ্বরবু নীংদনা কনাবু নীংগে হাঙ্গৈবগে? অসিনচিংবা।

মথক্তা হাঙ্গৈরিবসি নত্তবা মফম অয়াম্বদদি থৌ থৌবাঙগী

২শুবা পংখৈ য়াওই। মাতুংদি— য়ণ তান্নু, মা চৎহনখ্রো, চাউবী কোন ক্কেংলি, শীং থিরু অসিনচিংবা।

থো অনিলৈবা থোয়োনবগী য়াদা থোব়ুংদা (Direct Object) ২শুবা পংখৈ হাপ্লে, থোশাদা (Indirect Object) তা হাপ্পী। মাতুংদি— ওজানা ছাত্রশিংবু লাইরিক পাব তম্বিরি। মহাকপু য়া অসি খওহনগনু মঙোন্দা পাউ অসি হাঙ্‌ইরম্মু। অসিদা 'লাইরিক পাব', 'য়া অসি', 'পাউ অসি' থোবূওনী। 'ছাত্রশিংবু', 'মহাকপু', 'মঙোন্দা' থোশানী।

(১২)

## থোবুরোয় থোবাও ( Instrumental Case )

সখি য়েত্নুমা ফি লোল্লি। অচৌ খুৎওইনা চাক চাঈ। অমুবী থাঙ্গোম্মা লা হেক্লি। য়াশিং অসিদা 'সখি', 'অচৌ', 'অমুবী' থোবুনী। মখোয়না য়েত্নুম, খুৎওই অমসুং থাঙ্গোনগী পাম্বৈনা মখোয়গী থবক পাঙ্‌থোকঈ। মরম অসিনা য়েত্নুমা, খুৎওইনা, থাঙ্গোম্মা হায়বা য়ারোন্সিং অসি থোবুরোয় থোবাওনী।

থোবুনা থবক পাংথোকপদা মরুওইনা মতেং পাংশিল্লিবা পাম্বৈ অদুবু 'থোবুরোয় থোবাও' কৌই।

থোবুরোয় থোবাওদা ৩শুবা য়াহৈ পংখৈ (-না) হাপ্পী। ক্রিকরিশুঙ্খদা থোবুরোয় থোবাওদা ৫শুবা য়াহৈ পংখৈ হাপ্পনু উই। মাতুংদি— থোথোক অসিদগী নংগী অয়াবা কোক্লনি। মাসিদা 'থোথোক অসিদগী' হাঙ্‌ইবদি 'থোথোক অসিনা' হাঙ্‌ইবনী।

(১৩)

## থৌগৎ থৌবাও ( Dative Case )

নারানসিং মহাক্কী গুরুদা মহাক্কী যণ পুন্নমক কৎখ্রে। স্নাহনবী সুমিৎ খুদিংগী চাক্লীবদা চেঙ সের অমমম্ পী। য়াশিংসিদা 'গুরুদা' 'চাক্লীবদা' থৌগৎ থৌবাওনী।

অস্নুন্না মপু ওইবা থাদোক্লুনা কৱিগুম্বা অমা পীথোকপগী পীকম অতুবু 'থৌগৎ থৌবাও' কোই।

মপু ওইবা থাদোক্লুনা পীব্রবদি থৌগৎ থৌবাও নত্তে। থোবীদা ফি থাখ্রে। মাসিদা 'থোবীদা' থৌগৎ থৌবাও নত্তে। মরমদি— মাসিদা 'থাখ্রে' হায়বসি মপু ওইবা থাদোক্তে।

পীকম থোকপগী পীবস্থ থৌগৎ থৌবাও নত্তে।—ঠিকাদারদা মহাক্কী থবক্কী লুপা চাম্ডা পিখ্রে। মাসিদা 'ঠিকাদারদা' থৌগৎ থৌবাও নত্তে।

(১৪)

## থৌথোও থৌবাও ( Ablative Case )

চুদগী চুহি থোকই। জেলদগী বন্দী অনি চেনখ্রে। খঙদবদগী কিবা পোকই। য়াশিংসিদা চু, জেল অমস্তুং খঙদব মথংশিন্না চুহি, বন্দী, কিবা গী থোক্লকফমনী। মরম অসিন্না 'চুদগী', 'জেলদগী', 'খঙদবদগী' হাঈবা য়ারোন্সিং অসি থৌথোও থৌবাওনী।

করিগুম্বা অমা থোকপা, চেনখিবা, লৌবা তাবা পোকপন-চিংবগী হৌরকফম মথোঙবু থোখোঙ থৌবাঙ কৌই। থোখোঙ থৌবাঙদা ৫শুবা ৱাহৈ পংখৈ হায়ী।

(১৩)

## থৌফম থৌবাঙ ( Locative Case )

ঈশিংদা ঙা লৈ। নিংথমথাদা উন তাই। ৱাশিংসিদা 'ঈশিংদা' অমসুং 'নিংথমথাদা' ৱারোন অনি অসি 'ঙা লৈ' অমসুং 'উন তাই' হায়বা থোরোন অনিসিগী থবক পাংথোকফম নী। মরম অসিনা 'ঈশিংদা' অমসুং 'নিংথমথাদা' হায়বা ৱারোন অনি অসি থৌফম থৌবাঙ নী।

ৱা অমদা থোরোনগী থৌ পাঙথোকফম ওইরিবা অদুবু 'থৌফম থৌবাঙ' কৌই। থৌফম থৌবাঙদা ৭শুবা ৱাহৈ পংখৈ হায়ী।

থৌফম থৌবাঙ মখল অনিনী—মফম থৌফম থৌবাঙ অমসুং মতম থৌফম থৌবাঙ।

করিগুম্ব অমগী লৈফম খঙনব অদুবু মফম থৌফম থৌবাঙ কৌই। মাদুদি— 'জঙ্গলদা' কৈ লৈ। 'জঙ্গলদা' মফম থৌফম থৌবাঙনী।

মফম মখল মারিথোক্ল থাঙ্গী— মনাক, মফম অমত্ত, ছীরম অমসুং শীনবাথুংব।

(ক) মহাক গঙ্গাদা লৈ—হাঙ্গৈবদি গঙ্গাগী মনাক্তা লৈ হাঙ্গৈবনী। মাসি মনাক খঙনবা মফমনী।

(খ) মহাক চীংনুংদা লৈ—হাঙ্গৈবদি চীংনুংগী মফম অমদা লৈ হাঙ্গৈবনী। মাসি মফম অমা খঙনবা মফমনী।

(গ) মহাক শান্নবদা পূক্লিং চঙডী—হাঙ্গৈবদি শান্নবগী হীরমদা হাঙ্গৈবনী। মাসি হীরম খঙনবা মফমনী।

(ঘ) যঙ্গোমদা অথুম্ব রস লৈ—হাঙ্গৈবদি যঙ্গোমগী মফম পূন্নমক শীনবথুংন হাঙ্গৈবনী। মাসি শীনবথুংব খঙনব মফমনী।

থৌরোন (ক্রিয়া) অমা পাংথোকপ মতম খঙনব অচুবু মতম থোকম থোবাঙ কৌই। মাদুদি :—মেরা থাদা অতিয়া তরু তরুই; কালেম্থাদা নুংশা কল্লী; অহিংদা তন্দন পাই; অসিনচিংব। মথালৈইচিংব ৱারোন্সিং অসি মতম থোকম থোবাঙনী।

'তুনা' (ৱাতপ) না লোম্ব মপূংফাদব থৌরোন শীজিন্নদব মফমদা থোকম থোবাঙদা ৫শুবা পংথৈ হাপ্পী। মাদুদি—ফম্ফমদগী (ফমফমদা ফমতুনা) য়েংলকঈ। য়ুমথক্তগী (য়ুমথক্তা লেপ্তুনা) কৌরকঈ।

---

# ৱাহৈ পংখৈ শীজিন্নফম

## অহানব পংখৈ

১। কৌবদা ১বা পংখৈ শীজিন্নৈ—

চাউবা! তোম্বা! হে মরূপ!

২। * মিংত হাঙ্গবদা ১বা পংখৈ শীজিন্নৈ।

মী, শা, ঙা, উ, ৱা অসিনচিংবা।

৩। অসি, অদু, অমসুং মশাং খণ্ডনবা ৱাহৈদা ১বা পংখৈ শীজিন্নৈ।—অসি ফত্তে, অদু ফৈ, অনি চংখ্রে অসিনচিংবা।

৪। কৌবা, হাঙ্গবসি, নত্তনা, নত্তবা, তোল্লিদা! য়াইফৈদা! অসিনচিংবা শব্রেপ (অব্যয়) ৱাহৈগা লোয়ননা শীজিন্নবা ৱাহৈদা ১বা পংখৈ হাপ্পী—

(ক) নাৱান কৌবা অঙাং।

(খ) শেল হাঙ্গবসি তূৱেন কোশীংগা পান্দৈ।

(গ) নং নত্তনা ঐগী কনা লৈরি?

(ঘ) অসি নত্তবা করম্বা অমা লৈরি?

(ঙ) ঐ অসি তোল্লিদা! নং অসি য়াইফৈদা!

## ২শুবা পংখৈ

১। 'চূপ্পা' খণ্ডনবা 'মতম থোৌফম থোবাঙ' দা (কালাধিকরণ দা) ২শুবা পংখৈ শীজিন্নৈ; পংখৈগী খুদম হাপ্পে। চহি

* থোৱোন অমসুং থোবাঙ পদ্রিব ৱাহৈবু মিং কৌই।

মঙা (চহি মঙা চুপ্পা) বিলাক্তা লৈরুই। মহাক অহিং চুপ্পা ক্ষমতুনা লেনখি।

২। 'নত্তনা' রাহৈগা লোয়নবা রাহৈদা ২শুবা পংখৈ শীজিন্নে। পংখৈগী খুদম মাগুঙী। মাত্তদি :—

শেন নত্তনা তাইবংদা মহাক্না পাম্বা পোং অতৈ লৈতে।

৩। খুরুম্বা, পুজা তৌবা খণ্ডনবা রাহৈগা লোয়নবা রাহৈদা ২শুবা পংখৈ হাপ্পী; মফম অয়াম্বদা ২শুবা পংখৈ মাগুঙী। লাই খুরুম্ম, লাই পূজা তৌরি অসিনচিংবা।

## ৩ শুবা পংখৈ

১। থৌরোন মিংলোন্দা (ক্রিয়া বিশেষণদা) ৩শুবা পংখৈ শীজিন্নে—লাউনা হাঈ, কন্না চেল্লি, তপ্পা ঙাংউ।

২। মরম খণ্ডনব রাহৈদা ৩শুবা পংখৈ হাপ্পী—চাদবনা (চাদবগী মরম্না) ময়াং কংলে। লৈতবনা (লৈতবগী মরম্না) ইকাইবা খঙত্রে।

৩। কান্নবা, কান্নদবা খণ্ডনবা রাহৈগা লোয়ননা ৩শুবা পংখৈ শীজিন্নে—নোম্বনা কান্নদবা লৈতে; ঙাংবনা অশিংবা ওইনা চৎনরে।

৪। মতৌ মরোং খণ্ডনব রাহৈদা ৩শুবা পংখৈ হাপ্পী—খোংথাংহুনা মী পূম্নমক্না মহাক কীরে খণ্ডনখি।

## ৪শুবা পংথৈ

১। নিবা খঙনবা রাহৈগা লোয়ননা ৪শুবা পংথৈ শীজিন্নৈ।—মাঙোন্দা নিবা ইকাইদ্রা ?

২। হাঙ্গজবা রাহৈগা লোয়ননা ৪শুবা পংথৈ শীজিন্নৈ।—মাঙোন্দা হাঙ্গজরুবগী করিস্থ কান্নবা লৈরোই।

৩। তাইনবা ( Ascribe ) রাহৈগা লোয়ননা ৪শুবা পংথৈ হাপ্পী।—মাঙোন্দা তাইনগন্থু।

## ৫ শুবা পংথৈ

১। মফম অমস্থুং মতমগী চাং খঙনবদা ৫শুবা পংথৈ শীজিন্নৈ।—ডিমাপুরদগী ইম্ফাল মাইল ১৩০ রোম লাপ্পী। পূং ৭ তাবদগী ১০ তাবা ফাওবা ঈশৈ শক্লনি।

২। চাংদমনবদা ৫শুবা পংথৈ শীজিন্নৈ।—ইমা অমস্থুং পোক্লফম লমদম স্বর্গংগীস্থ হেল্লী। হুরানবদগী নিবনা থর ফৈ। ষণ্ডগী শগোম্না য়াঙবা হেল্লী।

৩। মরম খঙনবা রাহৈদা ৫শুবা পংথৈ হাপ্পী।—লৈতবদগী লমচং মাঙখিবনী।

## ৬শুবা পংথৈ

১। মরী রারোন্দা ৬শুবা পংথৈ শীজিন্নৈ।—মহাক্কী থুং। ঐগী ইনাও। নংগী লাইরিক।

২। মিংথৈ অনিগী থেন্নদবা উৎপদা ৬শুবা পংথৈ শীজিন্নৈ—মীথা পোনবগী য়োংহ্লিং। চান্নবগী ঈপাক।

৩। **মনাক, মফম, মথক,** মথা নচিংবা র্রাহৈ অমম্লুং মথোম্লগী অর্থ খঙনবা র্রাহৈগা লোয়ননা ৬শুবা পংখৈ শীজিন্নৈ—মহাক্কী মনাক নক্‌উম্ম। থৌজানগী মফমদা মুংশিহৈতবা মায়থী। নংগী নথক্কা অঙাংশিংনা র্রাকৎলরে। লোন্দিম্মদবা মীগী মথাদা ক্লাম্ম লৈনিংদে।

৪। **ময়ামগী মরক্কগী অমনা হেনবা** খঙহনবদা ৬শুবা পংখৈ শীজিন্নৈ— মীনা জীব পুম্নমক্কী অথোইবনী।

৫। **দমক** ( মরম্মা ) খঙনবা র্রাহৈগা লোয়ননা ৬শুবা পংখৈ শীজিন্নৈ—লৌশিং ফংনবগীদমক মহৈ তানগদবনী। অচুম্বগী-দমক থর্রাই থাবা কিফম থোক্কে।

৬। **শাব** খঙনব র্রাহৈদা ৬ শুবা পংখৈ হাপ্পী—শনাগী ( শনানা শাবা ) পুখম। চেক্কী ( চেক্কা শাবা ) যুপ্পী।

৭। **মতিক চাবা** খঙনবা র্রাহৈদা ৬শুবা পংখৈ হাপ্পী — তুম্বগী ( তুম্বগী মতিকচাবা ) মতম। চাবগী ( চাবগী মতিকচাবা) মতম।

## ৭শুবা পংখৈ

১। **মরম** খঙনবা র্রাহৈদা ৭শুবা পংখৈ হাপ্পী।—

অর্রাবদা ( অর্রাবগী মরম্মা) মুংবংনবা হৌনদে। মুংঙাইবদা ( মুংঙাইবগী মরম্মা ) ময়াইকাবা তৌফদে।

২। থৌরোন অমগী মতম্মা অতোপ্পা থৌরোন অমগী মতম খঙনবদা ৭শুবা পংখৈ শীজিন্নৈ।—থা থোর্রকপদা থর্রো

শাৎকাইরে। অসিদা 'থা থোরকপা' থোরোনগী মতম্না 'থরো শাৎকাইবা' থোরোনগী মতম গওহল্লী। অম্নুম্না মুংশা থোরক-পদা লৈচিন তাকখ্রে। নোংশা লাকপদা শা অতৈ চেনখ্রে। অসিনচিংবা।

৩। **হৈবা, হৈশিংবা, চওখোনবনচিংবা** ৱাহৈ শীজিন্নব-দমু ৭শুবা পংথৈ হায়্রী—রাজনীতিদা হৈশিংবা। ফিজেৎ লৈতেং-বদা চওখোনবা। রাওাংবদা হৈবা অসিনচিংবা।

## ৱাহং

১। করম করম্বা মফমদা ১বা পংথৈ শীজিন্নৈ ?

২। মথাদা ইরিবা ৱাশিংদা শীজিন্নরিবা ৱাহৈ পংথৈশিং অসি করম করম্বা অর্থদা শীজিন্নবগে হায়্‌ —

হিমালয় চীং পৃথ্মক্কী অথোইবনী। মুমিৎ থোকলকপদা থম্বান শিং অতু মথং মথং লোইনা শাৎকঈরক্লে। বামদগী শ্যামনা হেন্ন শিংঈ। লুপাগী তেজোৎ অমা পান্মী। অপাম্বগী মাইথুম হাং-দোকঈ। মাঙোন্দা হায়্‌জবা মতম পৃথ্মক্কা পাম্ফম থোক্কে। লাইরবনা মহাক মশক থীরে। নং নত্তনা ঐগী কনা লৈরি ?

---

# ৱারোন মরী তাকপা

## ( পদান্বয় Parsing )

ৱা অমগী মনুংদা লৈবা ৱারোন্সিংগী অমগা অমগা মরীলৈনবা করম্না তাকদগে হায়্‌বা মমাঙদা হায়্‌খ্রে।

হৢজিক ৱারোন মরী তাকপগী খুদম ওইনা মথাদা ৱা অনিগী ৱারোন মরী উৎলি।—

১। অমম্বগা অঙানবগা মফম অমত্তুদা লৈমিন্নবা য়াদে।

'অমম্বা' 'অঙানবা'—মিংথৈ, শক্লাইদবা শক্তম, শীংকোক, থোবু থোবাঙ, ১বা পংথৈ, 'লৈমিন্নবা য়াদে' থোৱোনগী থোবুনী।

'গা' ( অনিমক )—তাইন শক্লেপ, 'অমম্বা' অমসুং 'অঙানবা' গুণ মিংথৈ অনিবু তাইনরি।

'মফমদা' ( অমত্তুদা গী 'দা' )—জাৎ মিংথৈ, শক্লাইদবা শক্তম, শীংকোক মফম থোকম থোবাঙ, ৭শুবা পংথৈ, 'লৈবা য়াদে' থোৱোনগী থোপাঙ থোকক্কমনী।

'অমত্তু'—মশীং মিংলোন, মফম মিংথৈগী মিংলোন্নী।

'লৈমিন্নবা য়াদে'—থোবু ৱারোঙগী অতূপ্পা থোৱোন, থোৱৈত থোৱোন, ওত্ত চত্তম্, 'অমম্বা' অমসুং 'অঙানবা' থোবুগী থোৱোন্নী।

২। মৱমওকপা অমসুং লমচৎ ফজবা অঙাংবু মী পুম্নমক্না চাল্লী।

'মৱমওকপা' 'লমচৎ ফজবা'—ৱারোন অনিসি 'অঙাংবু' মিংথৈগী গুণ মিংলোন্নী।

'অমসুং'—তাইন শকলেপ, 'মৱমওকপা' অমসুং 'লমচৎ ফজবা' মিংলোন অনিবু তাইনহল্লি।

'অঙাংবু'—জাৎ মিংথৈ, অসূপ্পা শক্তম, শীংকোক, থো থোবাঙ, ২শুবা পংথৈ, 'চাল্লী' থোৱোনগী থোনী।

'মী'—অাহ মিংখৈ, অসূপ্প শক্তম, শীংকোক, থোবু থোবাঙ, ১বা পংখৈ, 'চাল্লী' থোৱোনগী থোবুনী।

'পুন্নমক্লা'—মিংছুং মিংলোন 'মী' মিংখৈগী মিংলোম্নী।

'চাল্লা'—থোবু ৱাৱোঙগী অতূপ্পা থোৱোন, থোৱৈ থোবোন, থৌ—'অঙাংবু', শক্ত চক্তম, থোবু—'মী'।

### ৱাহং

মথাদা ইরিবা বাশিংসিদা শীজিন্নরিবা ৱাৱোঙ্সিং অসিগী ৱারোন মরী তাকউ।—

মথোয় অনিসি হুমিংচুপ্প খংনঙনতা লৈ। হেৱাসিং মনাও পুথনা লংফৈ চংখে। মাসি শনাগী দাড়িমরীনি। খ্যাম অমহুং গে পাল লাইরিক ওরাইরি।

---

# ৱাপূন

## ( সমাস Compound word )

১। নিংথোগী মনাই লাক্লে।

২। নিংথোমনাই লাক্লে।

মথক্তা ইরিবা ৱা অনিসিগী অহানবগী ৱাদা মখালৈইচিংবা ৱারোন অনি অসি তোঙান তোঙান্না লৈ। অনিশুবা ৱাদা ৱারোন অনিহু পূনখিদুনা ৱারোন অমত্তা ওইখ্রে। হাঙৈবদি 'নিংথোগী' অমসুং 'মনাই' ৱারোন অনি অসি পূনখিদুনা 'নিংথোমনাই' হাঙৈবা ৱারোন অসি ওইখ্রে।

অসুম্না অর্থ নরুবা ৱাহৈ অনি নত্ত্রগা অতুদগী হেনবা ৱাহৈশিংনা অমত্ত ওইনা পূনবদু **ৱাপুন ( সমাস Compound word )** কৌই।

অর্থদা মরীথোক্তগা ৱাহৈশিংগী ৱাপূন ওইবা য়াদে। মাতুদি —'মনাইগী' 'নিংথৌ' ৱাহৈ অনিসি পূন্দুনা 'মনাইনিংথৌ' হাঙবা অর্থ লৈতবা ৱাহৈ অমা শেম্বা হৌনদে।

ৱাপূন্দা পূন্সিল্লবা ৱারোনবু **পূল্লবা ৱারোন** ( সমস্ত পদ ), পূন্সিনবদা চংলিবা ৱারোন্সিংদুবু **পূল্লিবা ৱারোন** ( সমস্যমান পদ ) অমসুং ৱাপূনগী অর্থ খঙহন্নবা শন্দোক্না হাঙৈরিবা ৱারোন্সিংদুবু **ৱাপুন ৱা** ( সমাস বাক্য ) কৌই।

মথক্তা হাঙৈরিবা খুদমদা 'নিংথৌগী মনাই' ৱাপূন ৱানী; 'নিংথৌ অমসুং মনাই' পূল্লিবা ৱারোন্নী; 'নিংথৌমনাই' পূল্লবা ৱারোন্নী।

## য়েংশিনগদবা :—

ৱাপূন হাঙৈবদি অশম্বা ৱাহৈনা অর্থ ফোংদোকপা য়ানবা অমসুং ৱারেং তাবদা মুংঙাইনবগীদমক্তা তৌবনী। মাসি তৌদবা য়াদে হাঙৈবা লেঙদবা নিয়ম লৈবা নত্তে। ৱাপূন ওইহনগে ওইহল্লোই শীজিন্নরিবা মপূনা তৌবা য়াই। ফজগদবা মফমদা ৱাপূন শীজিন্নগদবনী।

ৱাপূন মথল তরুকনী— (১) লাম্বা ৱাপূন, (২) তুংবান ৱাপূন, (৩) মিংদিন্ ৱাপূন, (৪) শীংথৈ ৱাপূন, (৫) শক্তোপ ৱাপূন অমসুং (৬) শক্লেপ ৱাপূন।

## লাম্বা ৱাপূন ( দ্বন্দ্ব সমাস )

পূল্লিবা ৱাহৈ পূম্নমক্কী অর্থ কাঙ্গদনা লৈবা ৱাপূনবু লাম্বা ৱাপূন ( দ্বন্দ্ব সমাস ) কৌই। মাসিগী ৱাপূন ৱারোন্দা 'অমসুং' 'নত্রগা' নচিংবা তাইনা শক্লেপ অমসুং থাইন শকলেপ শীজিন্নৈ।

খুদম—অহিং অমসুং নুংথিন—অহিংনুংথিন, ইমা অমসুং ইপা—*ইমাইপা, সীতা অমসুং ৱাম—সীতারাম, তরা নত্রগা কুন—তরাকুন, মৈ, ঈশিং অমসুং নুংশিৎ—মৈঈশিংনুংশিৎ।

## মিৎলোনসু মিংথৈগুম্না পূনবা ৱাই—

অফবা অমসুং ফত্তবা—অফফত্ত, অচৌবা অমসুং অপিশক—অচৌপিশক, অপংবা অমসুং অশিংবা—অপংঅশিং।

## লাম্বা ৱাপূনগী ৱাহৈ থক্ষম—

১। লাম্বা ৱাপূন্দা গুণ হেনবা ৱাহৈনা মথকথংবনা নম্মী। খুদম—লাইহিংচাবা, মপুমনাই অসিনচিংবা।

২। লাম্বা ৱাপূন্দা খোন ময়েক য়ামদবা ৱাহৈ অমসুং নুপী খণ্ডনবা ৱাহৈনা মাঙ থাগল্লী। মাহুদি ঃ—লক্ষ্মানারায়ণ, কুরু-পাণ্ডব, রাধাকৃষ্ণ। করি করিগুম্বদা নিপা খণ্ডনবা ৱাহৈনসু মাঙ থাই—শিবদুর্গা, থম্বথোইবী অসিন্‌চিংবা।

য়েংশিনগদবা—তাবদা মুংঙাইগদবা য়েংহুনা ৱাপূন ওই।

## তুংবান য়াপূন ( তৎপুরুষ সমাস )

মাঙ্‌থংবা য়ারোনগী পংখৈ মাঙবা অমসুং তুংথংবা য়ারোনগী অর্থনা পাহ্‌লোবা হাঙ্গবদি মপূং ওইহোবা য়াপূনবু তুংবান য়াপুন ( তৎপুরুষ সমাস ) কৌই।

মাঙ্‌খিবা পংখৈগী মিং মতুংইন্না তুংবান মখল তরুক্‌নী। মাহুদি :—২শুবা তুংবান য়াপূন, ৩শুবা তুংবান য়াপূন, ৪শুবা তুংবান য়াপূন, ৫শুবা তুংবান য়াপূন, ৬শুবা তুংবান য়াপূন অমসুং ৭শুবা তুংবান য়াপূন।

২শুবা তুংবান য়াপূন ( দ্বিতীয়া তৎপুরুষ সমাস )—

মাঙথংবা য়াপূনগী ২শুবা পংখৈ মাঙহুনা ওইবা তুংবান য়াপূনবু অনিশুবা তুংবান য়াপূন কৌই। মাহুদি :—

গুরুবু নীংবা—গুরুনীংবা, কোন্নুংবু খনবা—কোন্নুংখনবা, অঙকপবু ফংলবা—অঙকপফংলবা, গুণবু চেনবা—গুণচেনবা, থম্মৈংসোরাবু তানখ্রবা—থম্মৈংসোরাতানখ্রবা, পুন্সিবু চুপ্পা—পুন্সিচুপ্পা, অহিংবু চুপ্পা—অহিংচুপ্পা অসিনচিংবা।

নীঙবা, খনবা, চেনবা, তানবা, চুপ্পনচিংবা য়াহৈগা লোয়ননা ২শুবা তুংবান য়াপূন ওই।

৩শুবা তুংবান য়াপূন্ ( তৃতীয়া তৎপুরুষ সমাস )

মাঙথংবা য়াহৈগী ৩শুবা পংখৈ মাঙহুনা ওইবা য়াপূনবু অহুম শুবা তুংবান য়াপূন কৌই। মাহুদি :—

লংনা পুনবা—লংপুমবা, ঈশিংনা চোৎপা—ঈশিংচোৎপা, চক্না তকপা—চক্তকপা, শনানা য়োম্বা—শনায়োম্বা, খোঙ্না তেকপা—খোঙতেকপা, নানা পঙবা—নাপঙবা অসিনচিংবা।

য়েৎশিনগদবা—তাবদা হুংঙাইতবা বাপূন লেপ্পা হুক্তে। মাহুদি :—কাত্তিনা য়াৎপা—কাতিয়াৎপা, শীংজংনা য়ানবা—শীংজংয়ানবা, তাঙনা হুংবা—তাঙহুংবা অসিনচিংবা। অসি-গুম্বা বারোন্সিং অসিদি তোঙান তোঙান্না অদুম লৈজবনা কৈ।

## ৪শুবা তুংবান বাপূন ( চতুর্থী তৎপুরুষ সমাস )

মাঙথংবা বারোনগী ৪শুবা পংখৈ মাঙহুনা ওইবা তুংবান বাপূনবু মরিশুবা তুংবান বাপূন ( চতুর্থী তৎপুরুষ সমাস ) কৌই। মাহুদি :—

লাইদা কৎপা—লাইকৎপা, গুরুদা কৎপা—গুরুকৎপা, সনামহীদা কৎপা—সনামহীকৎপা, উমংলাইদা কৎপা—উমং-লাইকৎপা অসিনচিংবা।

## ৫শুবা তুংবান বাপূন ( পঞ্চমী তৎপুরুষ সমাস )

মাঙথংবা বারোনগী ৫শুবা পংখৈ মাঙহুনা ওইবা তুংবান বাপূনবু মঙাশুবা তুংবান বাপূন ( পঞ্চমী তৎপুরুষ সমাস ) কৌই। মাহুদি :—

হমদগী তাবা—হমদাবা, শেন্দোন্দগী কোক্লবা—

শেন্দোন কোক্লবা, মৈদগী কিবী—মৈকিবী, কৈথেন্দগী কূম্বী—কৈথেন কূম্বী, লৌদগী কায়কপা—লৌকায়কপা অসিনচিংবা।

## ৬শুবা তুংবান য়াপূন ( ষষ্ঠী তৎপুরুষ সমাস )

মাওথংবা য়ারোনগী ৬শুবা পংখৈ মাওতুনা ওইবা তুংবান য়াপূনবু তরুক শুবা তুংবান য়াপূন ( ষষ্ঠী তৎপুরুষ সমাস ) কৌই। মাহুদি :—

নিংথৌগী মনাই—নিংথৌমনাই, লাইগী লৈবাক—লাইরৈবাক, কবিগী গুরু—কবিগুরু, নংগী ফি—নফি, লাইগী শঙ—লাইশঙ অসিনচিংবা।

মমৈথংবা য়াহৈ 'ম' না হৌরবদি পূল্লগা করি করিগুম্বদা 'ম' অদু মাওডী। মাহুদি :—উগী মখা—উখা, পনগী মখা—পন্‌খা, উগী মরুম—উরুম, যণগী মখোম—যঙ্গোম, মমাগী মরোন—মমারোন, মাগী মচা—মচা অসিনচিংবা।

## ৭শুবা তুংবান য়াপূন ( সপ্তমী তৎপুরুষ সমাস )

১। মমাওথংবা য়ারোনগী ৭শুবা পংখৈ মাওতুনা ওইবা তুংবান য়াপূনবু তরেৎশুবা তুংবান য়াপূন ( সপ্তমী তৎপুরুষ সমাস )কৌই। মাহুদি :—

য়ুমদা পানবা—য়ুম্বানবা, ঈশিংদা লূপ্পা—ঈশিংলূপ্পা, লাইরিক্তা হৈবা—লাইরিক হৈবা, লান্দা থৌবা—লাম্থৌবা, থাওদা হৈবা—থাওহৈবা, তেন্দা হৈবা—তেহৈল্লেবা অসিনচিংবা।

ব্রাৎপা খণ্ডনবা অমস্তুং তেকপা খণ্ডনবা ব্রাহৈগম্ব ৭শুবা তুং-বান ব্রাপুন ওই। মংতুদি :—

মহৈদা হৈতবা ( ব্রাৎপা )—মহৈ হৈতবা, পাঙ্গন্দা লৈতবা—পাঙ্গল্লৈতবা, শেন্দা লৈতবা ( ব্রাৎপা )—শেল্লৈতবা অসিনচিংবা।

২। করি করিগুম্বদা তুংবান ব্রাপুন্দা ম্যাওথংবা ব্রারোনগী পংখৈ মাওদে। মথোয়সিবু পংখৈ মাওদব তুংবান ব্রাপুন ( অলুক সমাস ) কৌই। মাতুদি :—

বনদা লৈবা—বনদা-লৈবা, উথক্তা মুনবা—উথক্তা-মুনবা, মিৎনা উবা—মিৎনা-উবা, নানা তাবা—নানা-তাবা অসিনচিংবা।

## মিংদিন ব্রাপুন ( কর্মধারয় সমাস )

১। মিংখৈগা মিংলোনগা তিন্দুনা ওইবা ব্রপুনবু মিংদিন ব্রাপুন ( কর্মধারয় সমাস ) কৌই। মাসিদা মাওথংবা ব্রাহৈগী অর্থনা মপুং ওই। মাতুদি :—

অহৈবা যণ—যণ্-অহৈবা, অশংবা থম্বাল—থম্বাল-অশংবা, অকংবা উ—উ-অকংবা, অচৌবা তুরেন—তুরেন-অচৌবা, অথৌবা য়োৎ—য়োৎ-অথৌবা, য়োথৌ ; ফত্তবা মী—মী ফত্ত, ( মী-ফত্তবা ) অসিনচিংবা।

২। পুল্লিবা ব্রায়োন্সিং অতু ( সমস্যমান পদ ) মহৌশানা পুল্লবা ওইনা লৈবা অমস্তুং ব্রাপুনব্রা লৈতবা ব্রাপুনবু মহৌশা ব্রাপুন ( নিত্য সমাস ) কৌই। মাতুদি :—

যল্লাবা, খুম্নু-পাথ্রা, চোঙা-লাবা, কাঙ-অমোম অসিনচিংবা।

৩। মিংথৈ অনিনা অমত্ত ওইবা উৎপদস্থ মিংদিন ৱাপূন ওই। মাহুদি :—

হৈনৌ কৌবা পাম্বি—হৈনৌ-পাম্বী, মৈতৈ কৌবী লৈমা—মৈতৈলৈমা, নারদ কৌবা মুনি—নারদ-মুনি, ইম্ফাল কৌবা সহর—ইম্ফাল-সহর অসিনচিংবা।

৪। চাংদম্নফমগা চাংদম্নগদবগা মিংদিন ৱাপূন ওই। মাহুদি :—

থাজগুম্বা মায়খোং—মায়খোং-থাজ, থম্বালগুম্বা নখোঙ—নখোঙ-থম্বাল, থম্বালগুম্বা মিৎশ্না—মিৎশ্না-থম্বাল অসিনচিংবা।

অসিগুম্বা ৱাপূনবু চাংদম্নবা ৱাপুন (উপমিত সমাস) কৌই। চাংদম্নফম্ ওইরিবা পোচ্ছক অদুদু চাংদম্নফম (উপমান) অমসুং চাংদম্নগদবা পোৎ, মীনচিংবা অদুবুনা চাংদম্নগদবা (উপমেয়) কৌই। 'মায়খোং-থাজ' হায়বা ৱাপূন অসিদা 'থাজ' চাংদম্নফমনী অদুগা 'মায়খোং' চাংদম্নগদবনী।

৫। চাংদম্নফম অমসুং চাংদম্নগদবা অনিমক্কী অস্নপ্পা গুণ (ধর্ম্ম) থগুনবা ৱাহৈগা চাংদম্নফমগস্থ ৱাপূন ওই; অসিগুম্বা ৱাপূনবু 'চাংদম ৱাপূন' (উপমান কর্মধারয় সমাস) কৌই। মাহুদি :—

নোংগুম শংবাম্নবা (কুচু), লিক্লাইগুম লংবা (সুধী), হুমুক খাবা (হিদাক), মৈমুক শাবা (হকচাং) অসিনচিংবা।

৬। চাংদম্নক্নমগী চাংদম্নগদবগী মান্নবা মতৌ উৎপা ৱাপূনবু শকমান ৱাপূন ( রূপক সমাস ) কৌই। মাহ্নদি ঃ—

লাইয়ুমগী মশক ওইবা থমোই—থমোই-লাইয়ুম, মৈচাক্কী মশক ওইবা অর'বা—অরামৈচাক, য়োংহ্নিংগী মশক ওইবা মীনাই ওইবা—মীনাই য়োংহ্নিং, ঈপাক্কী মশক ওইবা তাইবংথান—তাইবং-ঈপাক অসিনচিংবা।

৭। করি করিগুম্বা মিংদিন ৱাপূনগী ময়ায়দা লৈরম্বা ৱারোন মাঙখী। অসিগুম্বা ৱাপূনবু ময়ায় মাঙবী মিংদিন ৱাপূন ( মধ্যপদ লোপী কর্মধারয় সমাস ) কৌই। মাহ্নদি ঃ—

সিংহ ( নোংশা ) য়েকপা আসন—সিংহাসন, গান্ধীগী ইকাই খুম্নবা উৎপা হুমিৎ—গান্ধীহুমিৎ, ষম্না চিংবা গাড়ী—ষণগাড়ী, শগোল থোনবা সাজৈ—শগোল্সাজৈ, ৱাখৈবদা পুথোকপা শেন ৱাখৈশেন, খোঙ হাম্নবা সেন—খোঙহামসেন, তরাদগী অমা থোইবা—তরামাথোই অসিনচিংবা।

## শীংথৈ ৱাপূন ( দ্বিগু সমাস )

মশীং খঙনবা ৱাহৈনা থৈবা ( লোম্বা ) অমসুং মতম অমত্তদা পোৎয়াম পূম্না খঙহনবা ৱাপূনবু শীংথৈ ৱাপূন ( দ্বিগু সমাস ) কৌই। মাহ্নদি ঃ—

মাইগৈ তরাগী অপূনবা ৱাহৈ—মাইগৈ তরা, মরোন অহুমগী অপূনবা ৱাহৈ—মরোন অহুম, শলাই তরেৎকী অপূনবা ৱাহৈ—

শলাইতরেৎ, লম্লোং অহুমগী অপুনবা রাহৈ—লম্লোংঅহুম, গুরু অহুমগী অপুনবা রাহৈ—গুরু অহুম অসিনচিংবা।

## শক্তোপ রাপুন ( বহুব্রীহি সমাস )

১। পুল্লবা রারোম্না পুল্লিবা রারোনসিংনা খণ্ডনবা করিগুম্বা অমগুবু খণ্ডহন্দনা অতোপ্পা অমবু খণ্ডহনবা রাপুনবু শক্তোপ রাপুন ( বহুব্রীহি সমাস ) কৌই। মাদুদি—

সগোল পল্লী অদুদা—সগোলবন, মাসিদা 'সগোলবন' হাঙবা পুল্লবা রারোন অসিনা সগোলবুসু খণ্ডহন্দে পনবাবুসু খণ্ডহন্দে; খুন অমবু খণ্ডহল্লী। অদুনা মাসি শক্তোপ রাপুন্নী। শনানা শাবনী লিক অদু—শনরীক; মাসিনা শনানা শাব লীক পুম্নমক খণ্ডনদে, শনরীক কোবা লীক মখল অদুতবু খণ্ডনৈ। অসিগুম্না হৈবোং পোকই খুন অদুদা— হৈবোংপোকপী ( খুন অমা ), হাও তাই মফম অদুদা— হাওতাবী, য়াং ( চেংগুপ্ রাইকুপ্পচিংবা অয়াংবা পোৎ ) কোকুঈ মাদুনা— য়াংকোক অসিনচিংবা।

২। শক্তোপ্ রাপুন্গী পুল্লবা রারোন অয়াম্বনা মিংলোন্নী ( adjective )—

ফজবা তুংয়ান মহাক্কী ওইবা— তুংয়ানফজবী (নুপী), লোম্নবী ( অমদগী হেনবা ) মতু মহাক্কী ওইবা— তুরোনবা ( নিপা ), অফবা থৌনা মহাক্কী ওইবা— থৌনাফবা, অফবা মপোক মহাক্কী ওইবা— মপোকফবা অসিনচিংবা।

৩। শক্তোপ য়াপূন্দা করিকরিগুম্বদা 'লৈবা' অমসুং 'লৈতবা' খণ্ডনবা মিংলোন য়াহৈগা মিংথৈগা পূনবদা 'লৈবা'গী মহুত্তা 'নাইবা' 'লৈতবা'গী মহুত্তা 'নাইদবা' শীজিন্নৈ। মতুদি—

মপান লৈ মহাক্কী—মপান্নাইবা, জাৎ লৈতে মহাক্কী—জাৎ-নাইদবা, ফম্ লৈ মহাক্কী—ফম্নাইবা, পেনবা লৈতে মহাক্কী—পেনবনাইদবা অসিনচিংবা।

মফম অয়াম্বদা 'লৈব' অমসুং 'লৈতব' শীজিন্নৈ। গুণ লৈ মহাক্কী— গুণলৈবা, মচা লৈ মহাক্কী— মচালৈবা, মচা লৈতে মহাক্কী— মচালৈতবা অসিনচিংবা।

৪। চাংদম্নফম অমসুং চাংদম্নগদবা মিংথৈ অনিনসু তিন্নদুনা শক্তোপ য়াপূন ওই। খুদম—

থম্বানগী মনম নম্বী— থম্বান্নম্বী, চন্দোনগী মনম নম্বী—চন্দোন্নম্বী, লৈগী মনম নম্বী— লৈনম্বী ( মুপী ) অসিনচিংবা।

৫। মিংথৈগা লৈবা খণ্ডনবা 'পানবা' য়াহৈগসু শক্তোপ য়াপূন ওই— নিংথৌ পাল্লী ( লৈপাক অত্তদা ) নিংথৌপানবা, মমৈ পাল্লী মহাক্কী— মমৈপানবা অসিনচিংবা।

৬। শুবা, শাবনচিংবা য়াহৈগা মিংথৈগসু শক্তোপ য়াপূন ওই। পূল্লবা য়ারোন্দু মিংথৈ ওই। মাতুদি—

থাঙ শাই মী অদু— থাঙ্জবা, থাঙ্শবা; উ শুই মী অদু—উশবা, শনা শাই মী অদু— শনাশাবা, কোন শাই মী অদু— কোন্সব অসিনচিংবা।

শ্রেংশিনগদবা— শক্তোপ ৱাপূনগী ৱাপূন ৱারোন্দা অহু, অহুদা, মী অহু, মহাক্লীনচিংবা মিংহুৎ শীজিল্লে।

## শকলেপ্ ৱাপূন ( অব্যয়ীভাব সমাস )

য়ুম্ য়ুম্— য়ুমখুদিং খুন্ খুন্— খুনখুদিং।

মথক্তা মরেক অচৌবনা ইরিবা ৱারোল্সিং অসি ৱাপূন্নী। মখোয়গী মমাঙ্ থংবা ৱাহৈ মিংথৈনী, মমৈথঙ্বা শরুক্তা শরেপনী।

অসিগুম্বা শকলেপ্পা মমৈথঙবা অমসুং শকলেপকী অর্থনা মপুংওইবা ৱাপূনবু 'শকলেপ্ ৱাপূন' কৌই।

খুদম অতৈ—পূল্লিনা লৈরিবা চৃপ্পা—পূন্সিচৃপ্পা, শিবা ওইদ্রিবা মথৈ—শিদ্রিমথৈ, শাগী কাওবু মথৈ—শা-মথৈ, কোম্মুং য়োদ্রিবা কাওবা— কোম্মুং-কাওবা, লাইগী মতৌগুম্বা— লাইগুম্বা অসি-নচিংবা।

### ৱাহং

১। লোল্লাচৎ লাইরিক্তা ৱাপূন হায়বসি করিনো ? মরু ওইবা ৱাপূন মখল কয়ানো ? মখল খুদিংগী ৱাপূন বা অমসুং পূন্নবা ৱারোন হাপ্তনা খুদম অমমম্ পীয়ু।

২। 'শকমান ৱাপূন' করিনো ? খুদম অমা উত্না নিংথিনা তাকউ।

৩। মথাদা ইরিবা পুন্নবা ৱাহৈশিং অসিগী ৱাপুন ৱারোন হায়িয় অমসুং করম করম্বা ৱাপুন্নো তাকউ।—

শা-উচেক, লাইনীংবা, কৌক্রুকৎপা, ঈচা, সগোনগাড়ী, তম্ফা-থিনবা, কমলাপান্থী, তাইবং-ঈপাক, কোমতাবা, তাই-বেন-পোকপী, নোংদোল্লৈমা, উ-তাংবী, নাপঙবা, পৃকচেনচাউবা, চাকঙাঙ্, মরোন-অহুম, অৱামৈচাক, খুবাংতরা, তরামচা, মথোঙথম্বাল।

---

# ৱাতপ্

## ( প্রত্যয় Affix )

ৱাপুন্না ৱাহৈ শেম্নগুম্না ৱাতপকী ( প্রত্যয় Affix গী ) পান্থেনস্ব ৱাহৈ শেম্মী।

ৱাতপকী ( মশাগী ) অর্থ লৈতে। মথোয়সি থোৱুদা অমসুং ৱাহৈদা তপ্লগা মথলমথা অয়াম্বা অর্থ অমসুং মরোংগী থোরোন্ অমসুং ৱাহৈ পোকঈ।

১। থোৱুদা তপ্পা ৱাতপ্পু 'থোৱু ৱাতপ' ( কৃৎ প্রত্যয় ), থোৱু ৱাতপ হাপ্তুনা শেম্বা ৱাহৈ অমসুং থোরোনবু 'থোৱু ৱাতপ্প লোম্ব' ( কৃদন্ত ), মথোয়সি পংখৈ হাপ্লগা 'থোৱু ৱাতপ্প লোম্ব ৱারোন' ( কৃদন্তপদ ) কৌই।

২। 'বা' ৱাতপ্ হাপ্পনা মহৌশাগী থোৱুগী অমসুং ৱাতপ্প

লোম্ব থৌরুগী অর্থ হোংদে। মাসি তপ্পগা মখোয়গী মহৌশাগী অর্থ অদুতা মপুংফানা থোকলকই।

মরম অসিনা মাসি ( বা রাতপ ) 'মহৌশা রাতপ' কৌবা য়াই। মাদুদি—

চা+বা—চাবা. মাসিদা 'চা' থৌরুদা 'বা' রাতপ হাপ্পগা থোকপা 'চাবা' হাঙ্গৈবসিগী অর্থ 'চা' থৌরুগী অর্থদগী হোংদে, মাসিনা 'চা' থৌরুগী মহৌশাগী অর্থ অদুতা নিংথিনা ফোংদোকই।

## থৌরু রাতপ্ ( ধাতু প্রত্যয় )

থৌরু রাতপ্ হাপ্লুনা থোকপা মরুওইবা থৌরোন খর মখোয়গী শীজিন্নফমগা লোয়ননা মখাদা ইরি—

### '-র' রাতপ্

অতোপ্প মফম অমদগী লাক্নুনা ওইনবা অমসুং তৌরবা খণ্ডনবদা থৌরুদা '-র' রাতপ হাপ্পী। তাংজ ময়েক্কী মখাদা লাকপা 'র' দু 'ল' ওই—

ওই+র+বা—ওইরবা, তা+র+বা—তারবা।

কক্+র+বা—কক্লবা, থৎ+র+বা—থৎলবা।

### '-রু'

অতোপ্পা মফম অমদা চত্নুনা ওইবা, তৌবা খণ্ডনবদা থৌরুদা 'রু' রাতপ হাপ্পী। তাংজ ময়েক্কী মখাদা লাকপা

রুগী 'র্' হু 'ল্' ওই। 'ন্' না লোম্ব থোরু ওইরগা থোরুগী 'ন্' হুম্ব 'ল্' ওই।

ওই+রু+বা—ওইরুবা, পা+রু+বা—পারুবা

থম্+রু+বা—থম্নুবা, পন্+রু+বা—পন্নুবা

## '-রক্'

(১) অতোপ্পা মফম অমদা লৈরিবৈদা ওইরগা নত্রগা থবক তৌরগা লাকপা, (২) ওইরমদবা তৌরমদবদগী অমুক ওইরকপা তৌরকপা (৩) চুম্নত থবক অমা হৌগৎলকপনচিংবা খঙনবদা থোরুদা '-রক্' য়াতপ্ হাপ্পী। তাংজ ময়েকী মথাদা লাকপা 'রক্‌কী' 'র' হু 'ল' ওই।

খাই+রক্+বা—খাইরক্‌পা, তম্+রক্+বা—তম্নক্‌পা

য়েংশিনগদবাঃ—থোরুদা -র, -রু অমসুং -রক্ হাপ্পু না ওইবা থোরোল্সিং অসি চত্তম্‌গী মরোং অহুম অমসুং অচম্বা তুংদমদা শীজিন্নৈ, অতৈ অতোপ্পা মরোংদদি থোইদোক্না শীজিন্নদে।

## '-খি'

(১) মাঙদা থোকখ্রবা থবক অমা খঙনবদা (২) অতোপ্পা মফম অমদা চৎলগা তৌদুনা লৈবা খঙনবদা থোরুগী মথাদা 'খি' য়াতপ্ হাপ্পী—

উ+খি+বা—উখিবা, কৌ+খি+বা—কৌখিবা

চেন্+খি+বা—চেন্‌খিবা, তং+খি+বা—তংখিবা

'-সি'

ময়াম হৌনবা খঙনবদা থৌরুদা '-সি' য়াতপ্ হায়ী—

তম+সি—তমসি, লং+সি—লংসি, কক্+সি—ককসি

'-হন্'

অতোপ্পবু তৌহনবদা থৌরুদা '-হন্' য়াতপ হায়ী—

ফ্+হন্+বা—ফ্হন্বা, পু+হন্+বা—পুহন্বা

'-জ'

(১) মতোমতা তৌজবা, উশিত্তনা ঙাংবা, নোল্লুক্না হায়-বনচিংবদা থৌরুদা '-জ' য়াতপ্ হায়ী। কাঙলুপকী অহানবা ময়েকী মখাদা লাক্পা '-জ' দু '-চ' ওই—

হাঙই+জ+বা—হাঙইজবা, শি+জ+বা—শিজবা,

লেপ্+জ+বা—লেপচবা, নং+জ+বা—নংজবা

'-ন'

অমগ-অমগা লোঙইননা থবক তৌবা খঙনবদা থৌরুদা '-ন' য়াতপ্ হায়ী—

কৌ+ন+বা—কৌনবা, য়ৈ+ন+বা—য়ৈনবা

চান্+ন+বা—চান্নবা, চা+ন+বা—চানবা

'-মিন্ন'

অমগ-অমগা তিন্ননা থবক তৌবা খঙনবদা থৌরুদা '-মিন্ন' য়াতপ্ হায়ী—

পু+মিন্ন+বা—পুমিন্নবা, থক্+মিন্ন+বা—থক্মিন্নবা
লোই+মিন্ন+বা—লোইমিন্নবা, য়া+মিন্ন+বা—য়ামিন্নবা

## '-শিন্'

মনুংলোমদা চঙবা, চঙহনবা, পাইরক্তা লায়থোক্ত তৌবা, তপ্পা মথং মথং ওইরকপনচিংবা থঙনবদা '-শিন্' য়াতপ হাপ্পী—

চঙ+শিন্+বা—চঙ্শিন্বা, কাপ্+শিন্+বা—কাপশিন্বা
ইন্+শিন্+বা—ইন্সিন্বা, মু+শিন্+বা—মুশিন্বা

কবিকবিগুম্বা থোকপী মখাদা লাক্পা 'শিন্' দু 'চিন্' নত্রগা 'জিন্' ওই—

থক্+শিন্+বা—থক্চিন্বা, হাঙ+শিন+বা—হাঙজিনবা
অসিনচিংবা।

## '-গৎ'

থবক তৌবা হোবা অমস্তং মথকলোমদা পুখৎপা থঙনবদা থোরুদা '-গৎ' য়াতপ্ হাপ্পী।

কাঙলুপকী অনিশুবা ময়েক অমস্তং শ, ষ, স, হ, না হোবা থোরুগী মখাদা 'গৎ' য়াতপ হাপ্পী; মখোয় অসি নত্তবা ময়েক্তা হোবা থোরুগী মখাদা 'গৎ' অদু 'খৎ' ওই—

ফা+গৎ+বা—ফাগৎপা, শু+গৎ+বা—শুগৎপা
লান্+গৎ+বা—লান্খৎপা, চাক্+গৎ+বা—চাক্খৎপা

## '-থ'

মহোশা ওইরমদবদগী ওইরকপা অমসুং মথং মথং তুংগোইনা থবক তৌবা থওনবদা 'থ' রাতপ তপ্পী—

পৎ+থ+বা—পথবা, শক্+থ+বা—শকথবা

## '-থোক্'

মপান্দা থোকখিবা, থোকহনবা, পাইরক্তা থওহোদনা তৌবা অমসুং ওইবা, রাওইদনা লৈবনচিংবা থওনবদা থৌরুদা—'থোক্' রাতপ হাপ্পী। কাওলপকী অনিশুবা মযেক অমসুং শ, ষ, স, হ, না হৌবা থৌরুগী মথাদা লাকপা 'থোক্' অদু 'দোক্' ওই।

চৎ+থোক্+বা—চথোকপা

ঈন্+থোক্+বা—ঈস্থোকবা

লৈ+থোক্+বা—লৈথোকপা

হৈ+থোক্+বা—হৈদোকপা

শৌ+থোক্+বা—শৌদোকপা

শি+থোক্+বা—শিদোকপা

## থৌরু রাতপ অমদগী হেন্না হাপ্পা

থৌরু অমসুং মহৌশা রাতপ্ '-বা' গী মরক্তা রাতপ্ অমদগী হেন্না হাপচিন্দুনা শেম্বা থৌরোল্ লৈ। মাদুগী খুদম্ থরা মথাদা ইরিবসিনী—

ইন্+থোক্+রক্+বা—ইন্থোক্রকপা

চা+শিন্+রু+বা—চাশিন্নুবা

চং+জ+খি+বা—চজ্জখিবা

কৌ+শিন্+বি+বা—কৌশিন্বিবা

লাক্+শিন্+রক্+বা—লাক্শিল্লক্পা

থোক্+মিন্ন+রক্+বা—থোক্মিন্নরক্পা

কুম্+থ+মিন্ন+রক্+বা—কুমথমিন্নরক্পা

কৌ+শিন্+বি+খি+বা—কৌশিন্বিখিবা

পাই+থোক্+শিন্ন+রক্+বা—পাইথোক্শিন্নরক্পা

লান্+থোক্+রক্+শিন্ন+খি+বা—

লান্থোক্লক্শিন্নখিবা অসিনচিংবা।

## মাহৈ মাতপ্ (তদ্ধিত প্রত্যয়)

মাহৈদা হাপ্প মাতপ্প, মাহৈ মাতপ্ (তদ্ধিত প্রত্যয়) কৌই।

থোক্লদা মাতপ্ হাপ্লগা অনৌবা থোরোন থোকপা অদুগুম্না মাহৈদা মাতপ হাপ্লগা অনৌ-অনৌবা মাহৈ থোকঈ। মাসিগী মরুওইবা খুদম্ খর মখোয়গী শীজিন্নফম্গা লোঈননা মথাদা ইরি—

## '-লেন্'

অথোইবা খঙ্নবদা মিংথৈদা '-লেন' মাতপ্ হাপ্পী। খোন মরেক্কী মথাদা হাপ্প 'লেন' গী 'ল্' অদু 'ব্' ওই।

কাং+লেন—কাংলেন, ফক্+লেন—ফক্লেন
নিংথৌ+লেন্—নিংথৌরেন্, কাও+লেন্—কাওরেন্

## '-রোয়'

থৌ পুবা খঙনবদা মিংথৈদা 'রোয়্' রাতপ হাপ্পী। তাংজ ময়েক্কী মথাদা লাক্প 'রোয়' গী 'রো' অতু 'লো' ওই—

হি+রোয়—হিরোয়, শীং+রোয়—শীংলোয়।

## '-মক্'

অরেপ্পা খঙনবদা রাহৈদা '-মক্' রাতপ্ হাপ্পী—

লাই+মক্—লাইমক্, ঐ+মক্—ঐমক্
ঙসি+মক্—ঙসিমক্, অহু+মক্—অতুমক্

## '-নবা'

শিপ্পাং ওইনা থবক তৌবা খঙনবদা রাহৈদা '-নবা' রাতপ্ হাপ্পী—

মীতম্+নবা—মীতম্নবা, শাজং+নবা—শাজংনবা
শাদোং+নবা—শাদোংনবা, ভাওচং+নবা—ভাওচংনবা

## '-থক্'

অককপা মশীং খঙনবদা রাহৈদা—'থক্' রাতপ্ হাপ্পী—

মণ্ডা+থক্—মণ্ডাথক্, তরা+থক্—তরাথক্

অসিমচিংবা।

## '-রক্'

থৌথোক মশীং থাবা খণ্ডনবদা মশীংগী মমৈদা '-রক্' হাপ্পী তাংজ ময়েক্কী মখাদা লাক্প 'রক্' কী 'র' দু 'ল' ওই।

মঙা + রক্—মঙারক্, তরুক্ + রক্—তরুল্লক্

## '-দি'

মাঙদা হাঙ্গীথ্রবা রাগা ওন্নবা রা খণ্ডনবদা রাহৈগী মমৈদা '-দি' রাতপ্ হাপ্পী। কাওল্লপকী অহান্বা ময়েকী মখাদা লাকপা '-দি' দু '-তি ওই।

ঐ + দি—ঐদি, নং + দি—নংদি

থাক্ + দি—থাক্তি, ঙক্ + দি—ঙক্তি

খুদম্— মী পুম্নমক্ চংখ্রে, নংদি লৈহোরে।

দারিদি ফজরে, থাক্তি থীরে।

## মাঙ্ রাতপ্ (উপসর্গ)

অ, ঈ, খং, ত, পুম্, পঙ্, ম, রাতপশিং অসি থোরোনগী মাঙ্দা তপ্লগা অনৌবা রাহৈ অমম্তুং থোরোন থোকঈ। মখোয়সিবু মাঙ্ রাতপ্ (উপসর্গ) কৌই।

মখোয়গী পাম্বৈনা শেম্বা রাহৈ অমম্তুং থোরোনথর মখাদা ইরিবসিনী—

| মাঙ্ ৱাতপ | থোৱোন | অনোৱা ৱাহৈ নত্রগা থোৱোন | অর্থ |
|---|---|---|---|
| -অ | ফোৱা | অফোৱা ( ৱাহৈ ) | ফোঙ্গনা থম্লৱবা |
| -ঈ | লংবা | ঈরংলংবা ( ৱাহৈ ) | থোইদোক হেন্দোক্লা লংবা |
| -খং | হাঙ্গবা | খংহাঙ্গহাঙ্গবা ( থোৱোন ) | খঙহোদনা ভাঙথোকপা |
| -ত | লূবা | তরুতরুবা ( ৱাহৈ ) | থোইদোক হেন্দোক্লা লূবা |
| -পূম্ | মাঙবা | পূম্মাঙ মাঙবা ( থোৱোন ) | মরুফংনা মাঙবা |
| -পঙ্ | চাবা | পঙ্চা চাবা ( থোৱোন ) | কৈ ফত্তে খঙদনা অফং অফং চাবা |
| -ম | চাউবা | মচাউবা ( ৱাহৈ ) | থরদং চাউবা |

মাঙ ৱাতপকী মশা মশাগী অর্থ লৈতে। থোৱোন্দা তপ্লগা মথোয়না পুবা অর্থ মখাদা ইরিবসিনী—

মাঙ ৱাতপ্ অর্থ ( থোৱোন্দ তপ্লগা )

অ— তিন্‌বা, লোয়নবা

ঈ— থোইদোক্ হেন্দোকপা

খং— য়াম্না ফিংনা, খঙহোদনা

ত— থোইদোক হেন্দোকপা

পূম্— লোইনা, মরু ফংনা

পঙ্— থোকউ থোকউবা, মফম মরাং খঙদবা

ম— থর, থরদং

### থৌরুদা রাতপ হাপ্লগা থোকপা য়াহৈ মখল

| থৌরু | থৌরোন (Verb) | থৌরোন মিংথৈ (Verbal Noun) | মিংলোন (Adjective) | থৌরোন মিংলোন (Adverb) |
| --- | --- | --- | --- | --- |
| কা | কাবা | কাবা | অকাবা, কারবা, কাগদবা | কান-কান |
| খঙ্ | খঙ্বা | খঙ্বা | অখঙ্বা, খঙ্লবা, খঙ্গদবা | খঙ্ন-খঙ্ন |
| চৎ | চৎপা | চৎপা | অচৎপা, চৎলবা, চৎকদবা | চৎন-চৎন |
| তক্ | তক্পা | তক্পা | অতক্পা, তক্লবা, তক্কদবা | তক্ক-তক্ক |
| তম্ | তম্বা | তম্বা | অতম্বা, তম্লবা, তমগদবা | তম্ন-তম্ন |

### থৌবু শরুক ( উদ্দেশ্য Subject ) শাংদোকহনবা

অচম্বা য়াগী থৌবু শরুক ( উদ্দেশ্য ) মখলমখল থোক্লা শাংদোকহনবা য়াই।

'অঙাং চাক চারি'—য়া অসিগী থৌবু শরুক 'অঙাং' নী অমসুং থৌবোন শরুক ( বিধেয় ) 'চাক্ চারি' নী। শরুক অনি অসি মখল মখল থোক্লা শাংদোকহনবা য়াই—

—'অপিকপা অঙাং অহু চাক্ চারি'—

মাসিদা 'অপিকপা' অমসুং 'অহু' হাঙৈবা য়ারোল্দিং অসিনা থৌবু শরুকপু শাংদোকহল্লি।

থৌবু শরুক শাংদোকহনবা ৱারোন নত্রগা ৱারোল্লিংবু **থৌবুশরুক শাংদোকহনবা** কৌই।

(১) **মরী ৱারোন্না**—'ঐখোয়গী অপিকপা অঙাং অমু চাক-চারি'। মাসিদা 'ঐখোয়গী' মরী ৱারোন্নী।

(২) **মান্নবা থৌবাঙগী ৱারোন্না**—'তেখাও নিংথৌ স্বর্গদেব কার্ত্তাবু লুনা তৌখি।' মাসিদা 'তেখাও নিংথৌ' অমসুং 'স্বর্গদেব' থৌবাঙ অমতনী।

(৩) **মিংলোন খঙনব ৱারোনগী অপূনবনা**—'অহিংচুপ্প কপ্পনা চোকথরবা অঙাং অমু ভুমখ্রে।' মাসিদা 'অহিংচুপ্প কপ্পনা চোকথরবা' মিংলোন খঙনবা ৱারোনগী-অপূনবনী।

## থৌরোন শরুক ( বিধেয় Predicate ) শাংদোকহনবা।

'থৌবু শরুক' অমসুং 'থৌরোন শরুক' করি করিনো হাঙবা লাইরিক অসিগী অহানবা শরুক্তা হাঙখ্রে, অমসুং মখোয়গী খুদম খরসু পিখ্রে।

মরু ওইবা থৌরোন শরুক্তি মতম পুম্নমক্তা অতূপ্পা থৌরোন্না ওই। থৌরৈ থৌরোন লৈরবদি থোগা থৌরোনগা অনি পুন্সিন্দুনা 'থৌরোন শরুক' ওই।

শন্না হাঙইরগা, অতূপ্পা থৌরোন অমসুং থৌরোনগা য়ান্না নরুবা মরীলৈবা শরুক অদুবু **থৌরোন শরুক** কৌই।

মখাদা ইরিবা পাম্বৈনা থৌরোন শরুক শাংদোকহনবা য়াই—

(১) থৌরোন-মিংলোন্ন ( ক্রিয়া বিশেষণ Adverb )

হান্নগী বা — শাংদোকহল্লবা বা

মৈ চাক্লি। — মৈ ঙু্ং ঙু্ং চাক্লি।

রামনা শ্যামবু ফুখিবে। — রামনা শ্যামবু নান ফুখিরে।

(২) থৌরোন-মিংলোনগী অপুনবনা

নিপামচা অহু চেনখ্রে। — নিপামচা অতু য়াম্না কন্না চেনখ্রে।

মহাক সুংঙাইরে। — মহাক শেন য়াম্না কংলচুনা সুংঙাইরে।

(৩) মিংলোনগী মিংলোন্না ( বিশেষণীয় বিশেষণ )

মহাক অশিং মীনি। — মহাক য়াম্না অশিংবা মীনী।

চাউবা লায়রবা মীনি। — চাউবা খ্বাইদগী হেন্না লায়রবা মীনী।

(৪) মরী ৱারোন্না ( সম্বন্ধপদ )

মেরাসিং মাইবনী। — মেবাসিং ঐথোইগী খুনগী মাইবনী।

(৫) তুপ্তবা থৌরোন্না ( অসমাপিকা ক্রিয়া )

বেনী চংখ্রে। — বেনী কপ্তুনা চংখ্রে।

(৬) মরম খঙনবা ৱারোন্না ( নিমিত্ত বোধক পদ )

লৈহাউ কৈথেন চংখি। — লৈহাউ পোংলৈবা কৈথেন চংখি।

(৭) থৌবাঙনা ( কারক )

ঐ চারে। — ঐ চাক চারে। ( থৌ থৌবাঙ্ )

ঈশিং তারে।　　য়ুমথক্তুগী ঈশিং তারে ( থোখোঙ থোবাঙ )
লৈ শাংলি।　　উথক্ত লৈ শাংলি। ( থোকম থোবাঙ )
অসিনচিংবা।

## বাহং

মথাদা ইরিবা বাশিংসিগী থোয়োন শরুক তাকউ অমগুং মথোয়বু শাংদোকহল্লু—

মহাক অঙাংনী। রাম চেনখ্রে। কালা তুম্লি। লক্ষ্মণ ওজানী। ঐগী ইনাও গোজাটাঁদা চংখ্রে। নোং তারি। মাইরেন ওহখ্রে। গোপালনা যত্নবু ফুবিরে। শ্যামা স্কুল কাখ্রে।

---

# অরুবা বা

## ( জটিলবাক্য Complex Sentences )

### ১। 'মহাক লাক্লে হাঙৈবা অসি ঐ খঙই।'

বা অসিদা 'ঐ খঙই' হাঙৈবা শরুক অসি 'মরু ওইবা মচাক বা' ( প্রধানবাক্য Principal clause ) নী। অদুগা 'মহাক লাক্লে' হাঙৈবা শরুক অসিনা 'মশা ওইবা মচাক বা' ( অপ্রধান বাক্য Subordinate clause ) নী। মশা ওইবা মচাক বা অসি 'হাঙৈবা' শব্লেপ বাহৈ ( অব্যয় ) অসিনা মরুওইবা মচাক বাগা ভাইশিন্নতুনা মরু ওইবা মচাক বাগী থোয়োন 'খঙই' গী থৌ ওইনা শীজিন্নরি। মাসি ( মশা ওইবা মচাক বা ) 'হাঙৈবা' হাঙৈবা শব্লেপ বাহৈ অসিগা থোবাঙ অমত্তনী ( মায়ৈ )।

অসিগুম্না মরুওইবা মচাক ৱা অমগা মশা ওইবা মচাক ৱা অমগা নত্রগা ৱাশিংগা তিন্নদুনা ওইবা ৱাবু 'অরুবা ৱা' (জটিল বাক্য Complex Sentence) কৌই।

মখাদা অরুবা ৱাগী খুদম অমস্থ পিরি—

২। 'নংনা অমুক চাউরক্কনি হাঙ্গবা ঐ নিংলমদে।'

ৱা অসিদা 'নংনা অমুক চাউরক্কনি' মশা ওইবা মচাক ৱানী; 'ঐ নিংলমদে' মরু ওইবা মচাক ৱানী। অনি অসি 'হাঙ্গবা' শব্দেপ ৱাহৈনা তাইনশিন্দুনা অরুবা ৱা অমা ওইরে। মশা ওইবা মচাক ৱা অসি মরু ওইবা মচাক ৱাগী থোরোন 'নিংলমদে' গী থৌ (object) ওইনা শীজিন্নরি।

অরুবা ৱাদা মরুওইবা মচাক ৱা অমত্তনি; মাসি অতোপ্প মচাক ৱা (clause) অমগী মখা পোন্দে। অতুগা মশা ওইবা মচাক ৱাদি অমদগী হেন্না লৈবা য়াই; মাসি মরুওইবা মচাক ৱাগী মখা পোল্লী। মাসিদা থৌবু অমস্থং অতূপ্পা থোরোন লৈ। অনিসি লৈত্রবদি মশা ওইবা মচাক ৱা অমা ওইবা য়াদে; মাদু ৱা মতেক (বাক্যাংশ Phrase) কৌই।

## অরুবা ৱাগী মচাথাঙ্গবা

## ( Analysis of Complex Sentenses )

অরুবা ৱাগী মচা থাইবদা তোগদবা মখাদা তাক্লিবসিনা—

(১) ইহান হানবদা মরুওইবা মচাক ৱা কদায়নো তাকদবনী; অতুদগী মশা ওইবা মচাক ৱা তোঙান তোঙান তাকদবনী অমসুং মখোয় অমমমগী লৈনৱিবা মৱী তাকদবনী।

(২) মরু ওইবা মচাক ৱাগা মশা ওইবা মচাক ৱাগা তাইশিন্নৱিবা শকলেপ লৈরবদি মাদুসু তাকদবনী। অদুগী তুংদা অরায়বা ৱাগী মচা খাঙ্গৈবগুম্না ৱা পুন্নমক অত্ত তোঙান তোঙান্না মচাখাঙ্গৈগদবনী।

অরুবা ৱা মচাখাঙ্গৈবগী খুদম খর মখাদা উৎলি—

১। রামনা ঙসি মনাও লাক্কনি হাঙ্গৈ।

(ক) রামনা হাঙ্গৈ— মরু ওইবা মচাক ৱা।

(খ) ঙসি মনাও লাক্কনি— মশা ওইবা মচাক ৱা।

মরুওইবা মচাক ৱা—

ৱামনা— থোবুশরুক (থোবু)।
হাঙ্গৈ— থোৱোন শরুক (অতূপ্পা থোৱোন)।

মশা ওইবা মচাক ৱা—

মনাও— থোবুশরুক (থোবু)।
লাক্কনি— থোৱোন শরুক (অতূপ্পা থোৱোন)।
ঙসি— থোৱোন শাংদোকহনবা (থোৱোন মিংলোন ওইনা শীজিন্নৱি)।

২। মহাক লাইরিক হৈ হাঙবা ঐ থাঙ্গেশেংনা খঙভী।

(ক) ঐ থাঙ্গেশেংনা খঙভী—মরুওইবা মচাক ৱা।

(খ) মহাক লাইরিক হৈ—মশা ওইবা মচাক ৱা।

( মিংথৈ ওইনা শীজিন্নরি 'খঙভী' থোৱোনগী থৌ )।

মরু ওইবা মচাক্ ৱা—

ঐ—থোৱ্ শরুক ( থোৱ্ )

খঙভী—থোৱোন শরুক ( অতূপ্পা থোৱোন )

থাঙ্গেশেংনা—থোৱোন শরুক শাংদোকহনবা ( থোৱোন মিংলোন )।

মশা ওইবা মচাক ৱা—

মহাক—থোৱ্ শরুক ( থোৱ্ )।

লাইরিক হৈ—থোৱোন শরুক ( অতূপ্পা থোৱোন )

হাঙবা—শকলেপ্ অসিনা মচাক ৱা অনি অসি তাইনশিল্লি।

৩। সুভাষ বোস্ শীদ্রি হাঙবা অসি অয়াম্বনা থাজরি।

(ক) অয়াম্বনা থাজরি—মরুওইবা মচাক ৱা।

(খ) সুবাষ বোস শীদ্রি—মশা ওইবা মচাক ৱা।

( মিংথৈ ওইনা শীজিন্নরি ; 'থাজরি' থোৱোনগী থৌ )।

মরুওইবা মচাক ৱা—

অয়াম্বনা— থোৱ্ শরুক ( থোৱ্ )।

থাজরি— থোৱোন শরুক ( অতূপ্পা থোৱোন )।

মশাওইবা মচাক্ ৱা—

সুভাষ বোস্— থৌবু শরুক ( থৌবু )।

শীদ্রি— থৌরোন শরুক ( অতুপ্পা থৌরোন )।

হাঙবা— শকলেপ } অনি অসি মশাওইবা মচাক্ ৱাগা থৌবাও

অসি— মিংছুৎ } অমত্ত ওইনা মচাক্ ৱা অনিবু তাইনশিল্লি।

ৱাহং

মথাদা ইরিবা ৱাশিংত্ত মচা থাঙই—

রমন ঙসি স্কুল কারোই হাঙরম্মী। জোনষ্টোন সাহেবনা মৈতৈ সগোলকাংজৈ অসি থ্বাইদগী অরেম্বা শান্নবা অমনী হায়রম্মী। পৃথিবীনা মথক্ত লৈবা পোৎ পুম্নমকপু মঙোন্দা চিংশিল্লি হায়বসি সার্ আইজাক নিউটননা ফোংদোকলম্মী।

---

# ৱা পূন্সীনবা

## ( Synthesis of Sentences into one )

(১) সুমিৎ তারে। (২) উচেক-ৱায়া মকোন্দা চংখ্রে।

অৱায়বা ৱা অনি অসি অর্থ হোংদনা ৱা অমত্তদা পূন্সিনবা য়াই। মাত্তুদি— সুমিৎ তারদুনা উচেকৱায়া মকোন্দা চংখ্রে।

অসুম্না ৱা অনি নত্রগা অহুদগী হেনববু ৱা অমত্তদা পূন্সীনববু ৱা পূন্সীনবা ( Synthesis of Sentences ) কৌই।

মাসিগী খুদম খরস্থ মথাদা উৎলি—

১। (ক) তোলেন লায়রৈ। (খ) মহাক্না মথাগী অঙাং

অমা লাইরিক তহী। (গ) অতুদগী ফংবা শেন অতুনা মহাক্কী স্কুল ফিস্ পী।

**পুন্সীল্লবা অরায়বা বা**— লায়রবা তোপেন মথাগী অঙাং অমা লাইরিক তম্বিহনা ফংলকপা শেন অতুনা মহাক্কী স্কুল ফিস্ পী।

২। (ক) নিংথমথা লোইরে। (খ) বসন্ত ঋতু চংলক্রে। (গ) উ-রা পূম্নমক য়েনীং হুল্লে।

**পুন্সীল্লবা অরায়বা বা**—নিংথমথা লোইরদুনা বসন্ত ঋতু চংলকপদা উ-রা পূম্নমক য়েনীং হুল্লে।

**রাহং**

মথাদা ইরিবা অরায়বা রাশিংসি অরায়বা রা অমত্তদা পুন্সাল্ল।

(১) মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ মণিপুরগী নিংথৌনী। (২) মহাক কার্ত্তা মহারাজগী মশুইবুংঙোনী। (৩) মহাক্কী মচাইবুংঙো নিপাংনী। (৪) সুরচন্দ্রনা থবাইগী অহন্নী।

---

# ময়েক তিন্নবা

## ( সন্ধি Conjunction of letters )

নকবা মরীথোক্নবা ময়েক অনি থংননা লৈরগা ময়েক অনিমক নত্রগা অমত্তং মশক ওন্দুনা তিন্নখিববু ময়েক তিন্নবা ( সন্ধি Conjunction of letters ) কৌই।

ময়েক তিন্নবা মখল অনিনী। (১) খোন ময়েক তিন্নবা অমসুং (২) তাংজ ময়েক তিন্নবা।

খোন ময়েকা খোন ময়েকা তিন্নবগু খোন ময়েক তিন্নবা (স্বরসন্ধি) কৌই।

তাংজ ময়েকা তাংজ ময়েকা নত্রগা তাংজ ময়েকা খোন ময়েকা তিন্নবগু তাংজ ময়েক তিন্নবা (ব্যঞ্জনসন্ধি) কৌই।

মৈতৈলোন্দা ময়েক তিন্নবা মখল অনিমক্তা য়াহৈগী ময়েক্তা তিন্নবা লৈতে। থৌরু অমসুং য়াতপকী ময়েক তিন্নবদি লৈ; লাইরিক অসিগী অহানবা শরুক্তা মতমগী (কাল Tense গী-) পন্দুপ্তা মাতুগী খুদম থর উৎখ্রে। হৃজিক ময়েক তিন্নবগী পন্দুপ ওইনা মাদু অমুক নৈনরি।—

## খোনময়েক তিন্নবা (স্বরসন্ধি)

১। 'অ' গী মথাদা 'ঈ' লৈরবদি অনিদু তিন্নদুনা 'ঐ' ওই।

ফ+ঈ=ফৈ, তৌর+ঈ=তৌরৈ, চাম্ন+ঈ=চাম্নৈ।

২। অয়াংবা আকারগী মথাদা 'ঈ' লৈরবদি অনিদু তিন্নদুনা 'ই' ওই।

ঙা+ঈ=ঙাই, চা+ঈ=চাই, তা+ঈ=তাই, থা+ঈ=থাই, পা+ঈ=পাই।

* ৩। ই, ঈ, একার, ঐকারগী মথাদা 'ঈ' লৈরবদি 'ঈ' দু মাগুত্তী। কাই+ঈ=কাই, পাই+ঈ=পাই, লী+ঈ=লী,

শী+ঈ=শী, কে+ঈ=কে, তে+ঈ=তে, থৈ+ঈ=থৈ, থৈ+ঈ=থৈ।

৪। ই, ঈ, একার, ঐকারগী মথাদা 'উ' লৈরবদি করি করিগুম্বদা 'উ' দু 'য়ু' ওই।

ই+উ=ইয়ু, পী+উ=পীয়ু, কে+উ=কেয়ু, পৈ+উ=পৈয়ু।

* ৫। ওকার অমসুং ঔকারগী মথাদা 'উ' লৈরবদি 'উ' দু মাওঙী।

পো+উ=পো, কৌ+উ=কৌ, লৌ+উ=লৌ।

## তাংজ ময়েক তিন্নবা ( ব্যঞ্জনসন্ধি )

১। ঙ্, প্, ম্ গী মথাদা 'ঈ' লৈরবদি ঙ্, প্, ম্ অনি থোল্লগা 'ঈ' গা তিন্নৈ।

চঙ্+ঈ=চঙঙী, তপ্+ঈ=তপ্পী, নম্+ঈ=নম্মী।

২। ন্ গী মথাদা 'ঈ' লৈরবদি 'ন্' গী মফমদা 'ল্ল্' ওই অমসুং 'ঈ' অদু 'ল্ল্' দা তিল্লী।

পন্+ঈ=পল্লী, চন্+ঈ=চল্লী, তিন্+ঈ=তিল্লী।

৩। ত্ গী মথাদা 'ঈ' নত্রগা 'উ' লৈরবদি, অনিগী মরক্তা 'ল্' চঙঙী; 'ঈ' 'উ' অদু 'ল্' দা তিল্লী।

পৎ+ঈ=পৎলী, থৎ+ঈ=থৎলী, কৎ+উ=কৎলু, মৎ+উ=মৎলু।

---

* খুদম অসি হাপ্প Para দা হাপ্পিরিবা অসিদি ময়েক তিন্নবা নত্তে ময়েক মাঙবনী।

৪। তাংজ ময়েক্কী মথাদা 'ম্' লৈরবদি 'ম্' দু 'ল্' ওই।

থক্+মি=থক্লি, খঙ্+মে=খঙ্লে, তম্+মবদি=তম্লবদি।

৫। কাঙলুপ্কী অহান্বা ময়েক্কী মথাদা কাঙ্লুপ্কী অছুমশুবা ময়েক লৈরবদি, মাদুগী (৩ শুবা ময়েক্কী) মফমদা কাঙলুপ অদুগী অহান্বা ময়েক ওই।

পেৎ+গনি=পেৎকনি, কক্+গন্=কক্‌ন্, তপ্+দ্রে=তপ্ত্রে, শক্+দ্রে=শক্ত্রে।

৬। 'ন্' গী মথাদা 'র্' লৈরবদি 'ন্' অমশুং 'র্' গী মফমদা 'ল্ল্' ওই।

চন্+রে=চল্লে, তন্+রবদি=তল্লবদি।

৭। কাঙলুপকী অনিশুবা ময়েক নত্রগা শ্, স্, হ্ না হৌবা থোরুগী মথাদা লাকপা 'থোক্' য়াতপকী 'থ্' দু 'দ্' ওই।

হৈ+থোক্=হৈদোক্, থা+থোক্=থাদোক্, শী+থোক্=শীদোক্, হি+থোক্=হিদোক্।

৮। ত্ গী মথাদা শ্ নত্রগা স্ লৈরবদি ত্ গী মফমদা চ্ ওই, শ্ অমসুং স্ গী মফমদা ছ্ ওই।

কৎ+শিল্ল্=কচ্ছিল্ল্, চৎ+সি=চচ্ছি।

৯। মথাদা ইরিবা য়াহৈশিং অসি ময়েক শিন্নবগী (সন্ধিদগী) থোকপা নত্তে। য়াপূন্দগী ময়েক মাঙখিদুনা ওইবা য়াহৈনী।

অনা+অয়েক=অনায়েক, অনা অয়েক, অকা+অকূম=অকাকূম্, অকা অকূম্, ইনে+ইবেমা=ইনেবেমা, ইচে+ইবেমা=ইচেবেমা, অহো+অরাক্=অহোরাক্, অহো অরাক্, অচৌ+অপিশক্=অচৌপিশক্, অচৌ অপিশক্ অসিনচিংবা।

## থৌগল্লোন

লৈম নিংথৌ, ইথকী অহন অমত্তুং ইকাইথুম্নবা মীশিংদা য়াম্ভাংব মতমদা থ্বাইগী ওইনা চংনবা অচম্ব য়াহৈদগী তোপ তোপ্পা য়াহৈ খর শীজিন্নৈ। য়াহৈশিং অদুবু থৌগল্লোন কৌই। মখোয়গী মরুওইবা খুদম খর মখাদা ইরি—

| থৌগল্লোন | অচম্বা লোন |
| --- | --- |
| লেঙবা | চৎপা |
| লেম্খৎপা | হৌগৎপা |
| হাবা | চাবা |
| ফান্বা | থকপা ( ঈশিং ) |
| খুদোংফান্বা | হিদাক থকপা |
| চাইথবা | ইরুজবা |
| থোন্বা | শেৎপা |
| হঙ্গৎপা | হাঈবা |
| মিৎয়েংতাবা | য়েংবা |
| চীনকূপ্পা | চীনতেংবা, য়াথিন্বা |

| থৌগল্লোন | অচম্বা লোন |
|---|---|
| হকচাং ঈবা | হকচাং নাবা |
| থাঙজেং | ফৈজোম |
| কোকথোন | কোয়েৎ |
| নমৃথাং | ইম্নফি, ফুরিৎ |
| থুদা | ফিদা |
| খুদোং | হিদাক |
| লুক্ | চাক্ |

অসিনচিংবা।

য়েংশিন্‌গদবা ঃ— থৌগল্লোন মফম চাদনা নত্রগা লাম্না শীজিন্নবা মীবু হোনবা ব্যবহার খঙদবা মী হাঙ্গৈনৈ। মরম অদুনা মতিকচাদবা মফমদা থৌগল্লোন শীজিন্নরোইদবনী।

## থাহং

চুমথোকউ— হিদাকসি অমুক্তা ফানবিয়ু। নং কদাইদা লেপ্সদৌরি। মুপীমচাসিগী নমথাং অমত্তং লৈবিনিংঈ। ননাই মণবীসিগী মথোম কম্না য়াম্না থোকপনো? বাবুগী ঘড়িদা পুং কয়া তাবিরবনো? ঐগী ঘড়িদা পুং মঙা তাজরে। য়াখ্‌া চাক্ত্‌ম্ হাদোকলুরোবা। আজাগী সন্দাম শাবতুবু লোইবিত্রিবরা? ঐগী য়ুম শাবা লোইজরি।

**লোইরবা।**